# তপ্পা

( মতাং অনীগি লীলা )

জিঃ সিঃ তোংব্রা

---

মমল লুপা ৪৬০

# রামাংয়ানব

লীলা পাব তঋৈ, ভাব তানগন্দে থবাইয়াওব থরদ নত্তন। শান্নব উরগদি অঙাং অহল, অপঙ্ক অশীং পুন্নমক্ক মুংঙাই নুংঙাইতে, ফজৈ ফজদে থঙনৈ চাউরাকপ অমদি লীলা অমবু কুপ্ন মুম্ন থঙবিবদি মতিকচাব ক্রিটিক থবদননি। অচুম্ব ক্রিটিক্কু মীয়ামদা তাক্লগ মীয়াম্ন ফজন ভাব তানৈ, লীলাগি মতীঙ্গু থঙলগ উক্কবদ্দগি অমুক হেন্না নুংঙাইব ওন্মি, ইরম অহুদ থম্বরগ মখম কুইন নুংঙাইব ফংডি। অচুম্বগি পার্টিদ য়াওব শারিব ক্রিটিক্কু মীচা নাইরক্লবদি লৈবাক্কি সাহিত্যদ কনি থোক্কনি হন্থবদ ভুচুংই। অচুম্ব ঙাংব তারবদি থোনা চংঙি, যজবী ফংবদ মতিকচাবশিংদু থোনাফব ঙাক্কি। লেখক্ক করাউনব সাহিত্য থোগংপগি লিচাংদ ওইদব চীরোল কেন্দ্রহন থাগংপে নত্রগ নুংশিদব লেখকপু থাদনব ইব কাংবু অনীমক সাহিত্যগি য়েক্কবনি। Journalism না Catch-Penny ক্রেঙ্কেস কয়া শিজন্ন তাফং তকিংন জেনেরেলাইজ অমদি কেটেগোরাইজ তৌবর্নদি অশেব অচুম্ব লাম্ব ফংদে কাবক কাবক লেখক অমগি লাইরিক ২/৩ দং পাবিরগ লেখক্কুগি মনঙন্দ লেবেল অম নপ্নিবনদি শেলদি থর ফংনব য়াই, অচুম্বদি তানব ফংলোই। অচুম্ব কজবদি থর মনুং হুজিন্ন নত্রগ মনীংদ য়াওগল্লি।

ফ্রাঁসোয়া মারকুইস দি সেইদ অকাম্পোং ষাম্র কবির, "Man is orgasm and orgasm is death. Prisoner of his consciousness, he tries to escape through the language of macabre onanism." , আলফ্রেদ জারী, ফাদার উবুর স্রষ্টা, পেটাফিজিক্স হেঁদোকবির ( "Pataphysics is the science of Nonsense". ), দাদাইষ্ট জারা ( "Why do you write ? Art is error, childishness. Literature of Dada is antilliterature ; the word dada is conceived as a synonym of Humor " , সুররিয়েলিষ্ট ব্রেটন ("Beneath language lies a sunken continent, the true domain of men" , ফ্রাঞ্জ কাফকা, অর্থ অনী-শেষের ইঙ্গিত উঠিয়েন ( "At the centre of Kafka's life one almost hears the silence of the stars. Like comfort or health, woman is enemy............Kafka dares us to call him a masochist. My doubts stand in a circle around every word, I see them before I see the word, but what then ! I do not see the word at all, I invent it. This is the language of silence, echoing in the void. Parable and Paradox, allegory and symbolism all share the mood of radical ambiguity." ), জা পা সার্ট, existentialist ইং ১৯৬৪ সালে হিত্যাগি নোবেল প্রাইজ সৌ বাবিদবা

মশিং অমদি মনীংমথা তম্বহ স্কুল অমগি তুংকম ওইখিনি কিবন ( "Literature is. in essence, the subjectivity of a society in Permanent revolution: In such a society it would go beyond the antinomy of word and action". ).

লায়রব এলবার্ট কামু ইং ১৯৫৭ তা নোবেল প্রাইজ ফংখিব ( "I rebel, therefore we exist—Proposes a metaphysical fraternity.........Condemned by Death, man discovers the Absurd, and he answers by refusing to assent to either......... One must imagine Sisyphus happy .........The measure of man : Silence and dead stones. All the rest belongs to history". ), জা জেনেট ( "Being no body's son, he is nothing.........Theft, treason, homosexuality...... access to all the Prisons of Europe........child of silence becomes an author, and opens his agony to language.........Les Bonnes (1947), Le Balcon (1956), Le Noirs (1958).......... only the theatre of Samuel Beckett rivals these plays in originality and in Stillness........Genet sings finally to dissolve language into a silence deeper than Aliterature ), সেমুয়েল বেকেট ( "it is in this striving to communi-

cate a basic and as yet undissolved totality of Pereeption .......... that we can find a key to the devaluation and distntegration of language in the theatre of the absurd ........................ No one carries the devaluation of language in drama further than Beckett ; and no one maintains the tension between silence and speech, death and desire, at a higher degree. ) .......... নচিংব লাইপোক-শিংঙুগি মতো থা ভপ্পু ভময়গ ইবনথি অশেংব কপাগি পোথোক ওইব ওমদে। মরমদি মখোয়গী পোকখিব য়োকখিব মকম মতম ঔ শা নুংশিং অদু মণিপুরদ চর চানব ফংদবন ভ বন শাৱগ মান্নব ইবনদি হৈনৌ মপান শাংলব মশা মচা অম পুংদোন পাম্বৈগি মশাদ নঙ্গু বশুম থোকই, হনৌ পানব ওয়্মি থাজদে। অঙকপ অফ'ওব লেখকশিং অদুন ইৱৱদি মশা মশান থেংনরকপাশিংদু ইবোকপানি পেন্দব নুং'ঙাইতব কয়াদু হায়দোঙব ওয়দদুন হায়-দোক্লকপনি। বাখল থুংই, লোন্দা, কলাগি মওংনে চিংবদু ওকু ফজবন সন্নাজগি চংনরোল কয়া কায়ৱবন্থ থিংনদবনি।

লীলা অসিদ মখোয়গুগ চাংদম্নবগি য়া লৈজদে। মতমন ফিভম ইন্সিন্দুন মখোয়ন অঙকপ অভাংব নোভেল ড্রামা ইনথি-বশুম ঐখোয়গু ঐখোয়ন থেংনব পেন্দব কয়াকু ইবদনি। ঐখোয় চাউখংপ পাম্মি - য়ুম্বান ফগংপ পাম্মি—সভ্য জগৎকি থোঙ-থা লগি তুংদ চোংহোব পামদে। অদু দি করম্ব ভৌরগ চাউখংকনি?

মপান্দ মকুমথৈদ চাউখৎপশিংগি মতৌ তর্ম্মগ থন্নুংদি শোংদন মতিক চাদন চাউখৎপ ওইব য়াত্রাও ?

এন্টোংনেল্লি : **When monkeys accept the guidance of men and establish what we style civilization, they open their lives to all the misery and evil that surround humanity."** থাজবিত্রা ?

থা অমদি উপগ্রহ অতৈ য়োনব লাকনরিব চাউখৎলব জাতীশিংদন্তু, নোংমগি চন্না অনী ফংনব লাক্কুরিব মীন মশাং য়ামন লৈব লৈবাকশিংদন্তু চাউখৎলম্বীগি রাহংসি নৈনদব য়াদবনি। মতম পুম্বদ মীওইবদ হংলিব রাহংনি।

লীলাসি ভাবোকু য়েংবিনব ইবনিন লেখকু রাখল লৈব ভাবোক থরদন ওইরবস্তু পেনবিব য়াই থাজদন থুং থাব ঙমদে। হেন্ন রাখ অরুব লীলাদি য়েংবিনব ভাবোকশিংন অদুম পু-থোকহল্লকনি মতমগি মচুংইম্ম।

ডিসেম্বর, ১৯৭৩ ইং। জিঃ সিঃ তোংব্রা

# তপ্মা

## লীলা মীকোক ঃ

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| শাঃ | ১। | বাবা | — চহি | ৬৫ | রোম |
| | ২। | কাকা দিলবহার | " | ৬০ | " |
| | ৩। | ফরাংজী—(১গি মচা ২শুব) | " | ৩০ | " |
| | ৪। | হৈতোন ( " ৩শুব) | " | ২৫ | " |
| | ৫। | ডাক্তর অম্বিকা (মরূপ ইন্দুগি) | " | ৪০ | " |
| | ৬। | কনাগুম্ব (নহাংস্তু অহলস্তু য়াব) | " | ৩০/৫০ | |
| পীঃ | ১। | ইন্দুবালা (১গি মচানুপী অহল) | " | ৩৫ | " |
| | ২। | কুন্দংলৈ (ফরাংজীগি মরূপ—দূতী) | " | ২৮ | " |

মফম ঃ

১। লাপ্লপ্ল চীংজাউ উব পাৎ, মপান্দ হৈকোল, লম্ফাং অতিয়া, থর লাম্লদ লমজাউ শে ড়োক—।

২। য়ুম অমনবৈ মনাক, লৈকোন অমদি শান্নযুংগি মরক্ত লখী।

মতম ঃ

১। ১২০শুব শতাব্দীগি মমৈ, শরৎ ঋতু, দুর্গাপূজা।—
অয়ুক মক্রুগ নুমিদাংবাই [১ব উৎপদ]

২। মথংগি নিংথমথা, উন্দ্ৰা থাদ।—
অহিং নোংয়াই, অমদি অয়ুক অঙনব [২শুব উৎপদ]

# তপ্পা।

(মতাং অমী পানবা লীলা)

## অহানব মতাং।

অয়ুক মল্লি মল্লিবা মতমনি, মফম পাংশান জঙ্গলদ। শরৎ ঋতুনি, দুর্গা পুজা মনুংদ চীংজাউ উকোন্দ উ য়ানগে হায়হুন মশাকব অতল বাবা কিব থঙদন লাকই। লালটেন থাংমৈ অম, খোই চোপ্পব খোইজৈ, উ য়াম্বব শিংজং, হোরাই হাংমৈনচিংব মিস্ত্রীগী খুৎলাঈ থাউ, অমদি ঙা হাপ্পব নাকন্দ যানবা তুঙ্গোন পুরকই। চহি ৬৫ য়োম শুরব মিস্ত্রীনি, ফৈজোম অমনব থরম্থ শেগাইরব অম কৌন তাথংলগ শেংলি, ফুরিং মচাগী অমনব শেগাইব অম লিংলকই। ফুরিং থাউদ কঙ্কু ঙাম্বক, হিদাক তিকি ময়োম, লফোই ২/৩ পুং-হৈতোন মুল্লব ২/৩ স্থ য়াওরকই। মীন উবদ চাওথংতবা মীমন অপঙব মাল্লি, তশেংবদি মথৌনা ময়ৌশিং ফব, মীনদি কয়া থানবিদব নিপানি।

নোংঙাল্লমদাইগী উচেক রায়া, য়েননচিংব থোংব তারক্লে। মহাক্ক জঙ্গল মচিন য়োবদ শা-কৈ থেংনগদ্রা হায়বগী চেকশিনব মতৌ উই, খোদেমই, লেপ্পগ রাথল ঙহাক তোই।

(তুংদৈ খোজেলন ঙাংবম্থ য়াই)

**অবাঃ— ঙসিসি ঙনমল্লত্রা? নোংসি ঙাল্লব নজনে? শ্রীবু শা-কৈ অমম্বা কিরিবা জাংলা চহি ৬৫ ওরবদ? হুংন শাংলব**

মাংনে তেল্লব মতমসি পাম্মূহুন জম্ভা লাকপ নত্রা ?
অহুদি থবক তৌরোদন পরপ পরপ ? হুঁম ; উশিং
ভুম্মিঙ্গেদ য়ানব ফত্তে, খোই চোপ্তুনা ঙা থম্ম ফাবদি
য়ারেদনা । ফৈনে. থবক তৌদন লৈবদবু মতম মাংথিনি
কিবনি, অতৈ কনাবু ঐন কিরুগদগে ?

( চংবোং হাপুং লাল্লপ উবদ কৈ মান্দুন থং, শিংজং পায, মফি
শেন্মী, পোং অতৈ থন্মগ শাজেল ভৌম যেংঈ, অকোনবদ মথন্দ
নোকই. ইকাই, অহুদৈ অমুক থমকা তৌন চংলি, খোঙথাং খুদিংগি
খাই খাই লাংনা মখোল থোকই, লাম্মীগি খোঙথাং থাং,
অথোবা শাহুন, ইশৈ ঙংহুন অমুক চংলি )

কিদে কিদে. কমাম্ম কিদে
চহিদ জম্ফুমঙান
কিনি কনাবু রান হিংনব
মীশাদা কুন ; ( ভুংদৈ শকপ ।

অমুক হম্ম শকুন চংলগ অমুক থই, অহুগ মথন্দ ইশি শিন
নোকই । নোকপ থংলেপ —

বাবাঃ— হায়. নোক্লবদি কিব ফৈনহৈ ।

কোইন যেংলগ লৈতোং অমদ ফম্মি, মনাক্ত পোং চৈ থম্মি,
কঙ্ক ঙান্থক শেম্মগ থকই । নোংঙাম্নে লালটেন মুংথংলে, খোই
থানব মফম যেংলে, তাল হাল্লগ চোপপে । ইঞ্জেংফম লৈপুং
মচা অম উবগ বাথল তৌই । (ভুংদৈ খোজেলন ঙাংব যাই)

বাবাঃ— মাসিদানি, অদুগৈ, ইন্দু মমান লৈশারিঙ্গেদ হৈল হেক
হেক চিংলম মফমদু । চহি ৫০ রোম মমাংগি রা, নিংদোন

চোংব বারী কয়া অকাউ ইপাক্ত তিনগ্রে। উ স্নান-বনি হায়রুন ঐন মুরাইদ হেক হেক লাকইবসি, ইন্দুমা নংবু নোংথক্তে উ লাকপ্রা ?

( ভুমিন্ন ঙহাক খোই চোঙ্গগ ফং হায়গংবি, ঙাস্থ য়াওদে )

লাক্কেদি হায়ব্রদুন কেরম্মি জাং ওইরে। (অমূক ভীল, খোই থায়

হন্দক্তি পরপ পরপ হেক্ত লাকউ থেংপ্রেকো। পাখঙ নত্তে হন্নবনি, পুব্ব'রাগদ মতম মাংহনব য়াত্রে। অহাঙ দুর্গা পুজা মতমসি সতা নুংঙাইরম্বনিদ ! কেকু লোংপী শায়ব, অমাং কোইরৈ তায়ব, বা য়াম্ম ঙাংনদে, মান ঐগি মীচং হেক্ত চ'লকই, ঐগু মাগি মীচং হেক্ত চংব্রুউ। থঙদে কনান ইনশিনবনো ! (ঙহাক তুমিন্ন লৈ, ঐবু কয়া কুইন হিংখিগদগে ? লমহেনব অভাং-শিংশিবু রারকপ ঙমদন চংগ্রব্রাও ? লাইরৈবাক্ত মমান হংলস্মগ ঐবু করি থুম্মুগদগে ? নবারোলগি মীংয়েংগ হনুব হনুবী ঐখোয়াগগ থেন্নরেদ সত্য, ঐবু মখোয়ন ঙমহললহোরগ চংলগব্রাও ? মহুদি শিব তন্দৌব বানি।
— হ., খোইচোঙ্গগুন্ন থবক্ত মতম মাংহনব য়াত্রে ঐ। নখোয় অমত্ত লাকত্রে ভাশা ? ঐবু দাও য়াদব হনুবনি হায়ব থঙলব্রাও ? য়াব্রগ তে'কচৌ —খোইজৈল ঈশিংদ বাক বাক কল্লি ) মতম মাংনব কায়দব থবকনি।

থোইদৈ থম্মী, ফুরিৎখাওদৈ লফোই অম লৌথোক্লগ চাই, কোট লৌথোকই, ফি শেম্মি, পোং-চৈ পুম্ন থম্মী, শিঙজং হাংমৈ চেৎন পায়থৎলি উ য়াম্নব শাজেল তৌই।

মতমসিদ মচানিপা অতোনব হৈরোলন কৈ শারগ ডংলকই। মপান শিঙজং হাংমৈ চেৎন পায় লৈপুং মরুমদ পাকথফুন লৈ। হৈরোল মপা মান্ন চম্ম শেং-লিংলি; পাইজামা অমনব শেগাইবদৈ ফোংপ ১ শেংলি, ফুরিং অরাংব অমনব ১ লিংলি, মথক্ত ময়াম্বন ছন্দোক্লম্ব সুইটর অরাংব ১ নমশিল্লি, টুপী অহোংব অমনব অম উপপি থার্মোফ্লাস্ক অমদ চা পুম্নকই নাকন্দ য়ান মখুং ওইন টিফিন কেরীয়ার অমদ তল শাক থম্ন পুম্নকই। মখুং যেৎন তথেল-থাং অম পায়রকই। মহাক্তি মপাগি মচানি। চহি ২৫ দা অঙাং মান্ন ইচম চম্মি।

হৈরোলঃ—(পাকথরগ) অঁ উ ম, অঁ-উ ম !

বাবাঃ—(লৈপুং মরুমদৈ লেপথৎ শংত্রিক য়েংন)—(ঙহাক ভুমিন্ন লৈ) কৈরা তপ্পার হায়বব্ মপাগি মচা ওইরে !

(হৈরোলন হরাওন হোৎলগ মপা মচা য়েংনৈ ঙহাক)

হৈ :— তপ্পা হায়বব্ করিনো ? হা বাজি ?

বা :— ঐপু উত্রি, মশক খঙদন য়াম্ন কিনবব্ তপ্পা কৌই।

হৈ :— অঙাং কপ্প থেমনব বারীদ য়াওবহুরা ?

বা :— অহলনি য়াম্ন শাথীন কীগল্লিবদি।

হৈ :— করি করিব্ কিরিবা ?

বা :— নংব্ য়াম্ন নংহৌরম্রা ইতুংদ, নয়াম্বন জাং তাহৌরম্রা ... অসিনচিংব।

হৈ :— অহুক ল'প্পদ উব কৈরা হৌদোংলা হায়বন্থ খঙত্রিব পোংপু কেদৌন কিরিবা ?

বা :— স্থক নকন উ্রিব ন', শচে, নম্বাম্বন মতমগি য়াঙলখ ঈ.চশন ফেন যু'ন তাঙখব উরিব স করম্ন লাম্নিবনো ?

হৈ :— মখোয় দ খঙদে ঐবুদি কিবিরুন, মতমগি ঈ.রদ ইরোইব য়াঙবদ্রগ লোইরে।

বা :— য়াই কায়ত্র ঙ ? মতমদি শেল চাদে।

হৈ :— মতমাসব, ঈচেলনি হায়বদায় ? -- ঐাদ তে'ব্বান্দ ফম লৈখোক্কে।

বা :— হৈ, চৈখৈ ওহন লেপ লৈথে কপ য়াদে প্ন্সিদ, পুন্সি হায়বসি নিংশিং লৈরাং পরেংান, হুজিক, মীকুপ অসিন্থ পরেংহ মপুং ফাঙন্নব ফংলিব মতমনি, তোরেল হয়েং—শিরমদাইদ, শিরয মতমদ নিংশিংব শুংঙাইনব। অঙনদি হুজিক কেদৌনি ?

হৈ :— ওলিম্পিকি লমজেল, চে.প্পাং, রাংজোংদ হাম্নে রেকোর্ড থুগাইনব হোংনব তারে। ( খিঙং চেল্লা, চোংচুন য়েংই)

বা :— নকল্লাপ কেনব, নরেপ নেম্ব ন'ন লমজেলদ রাংজো'দ মতম মাংহনব কান্নদে। ( মরেপ ওল্লুই )

হৈ :— খর চাসি থকসি—রাংব কনব হেন্নব।

( অচা অথক পুখোক তল, চা পুংদোল মপা-মচা রাখল তৌন চামিন্নে )

অমুক ওনসি লুম্ব রাংব খর হেক্সলম্ব য়াই।

( অমুক ওনমিন্নে—হেক্সংতবদা হুকমিন্নে )

বা :— আদৈ লৈতোংসি থাইন নমান ইন তোয়ন চিংলম্ব মফম্নি, খুরুম্মু।

হৈ :—(খুরুম্মগ) ইমা. ঐবু খিত্তদি ইরেপ খাংজগে লুখ হেজ্বৎচগে।

বা :—কাম্বরোই, নমাহু মরেপ খর নেমখি. ঐগু কয়া খাংদে।

হৈ :— অহুদি বাজি ঐসি চাক তাংহন্নবা পোকপ তারব্রা ?

বা :— নমাগি মরোশি, ঐগি লিংজেলগ লৌহুন হিংখো ফ্রান্সকি নেপোলিয়ন পংবাং খাংখিদে হায়।

হৈ :— অহুদি হয়েং হনুবগ শিগ্রব ভু'দ নিংশিংনব নুংঙাই-নব করিকরি খবক তৌ'সি হায়বা ?

বা :— নংগু ঐদোন পরীক্ষা ফেল ওইগনি, নমাদোন পাঙ্গলগু পংফং ফৎতে। অহুবু খাজৌ. অবাংব থবক্তি পা'ব ভগি নিপা অম ওৎন। নশানু থ জৌ. অখাং কল্লু।

হৈ :— খাংববুদি কনগে কাংনো ? ঐগু নিপা অমনি, অচুম্ব অফব লম্বীদ চনব নায়দন চৎলগ পনথুংভম্ব মরাংন

বা :—নফি শেম্মু, সনপ'ডী চন্নবা উ য়ানসি।

হৈ :— ইঞ্জিন্ন চিংব ট্রক, টাটাদগি সন্ন চিংব গাড়ীন হেন্ন ফত্রাও ? ইচেখোর তাদাংখোয়দি মতু থাজদে।

বা :— অহুদনি ঐগ মখোয়গ য়ানাদ্রব ! মখোয়বু ইঞ্জিন শাব হৈত্রা, থাদ খাগৎনব রোকেট শাব হৈত্রাও ?

হৈ :— চাউখৎনব্রব মতমসিদদি ঐখোয়গু মীত্তৌ খর তগু চুমদ্রাও ?

ব .— ইতিক চাব কান্নব মখৈ তমগনি, টাটা গাড়ীন সন গাড়ী কয়াবু তত্তুন চরা হেন্নবে ! নং কাকান শেল খর খর

থারক্কুন ঐখোয় কিংলিব নংত্রাও ? মীগি মপান তাংদন অচম্ব সনগাড়ী একাগাড়ী কুরিং ছুনব সিঙ্গর মেচীন থ্বাং অমদি থূংকী কোলদ শাব ফিন চম্ন হিংব ফাও হৈত্রিব ঐখোয়ন কা হেন্ন চাওখংপ পামইব করিগীনো ? চেং তক্কুব কোল শিজিন্নব মহাজন অমন ফোঙ্গু ললোন্বী মী কয়া চরা হেলহল্লে ? ঐখোয়ন পামইবসি মহাজন চাউথংকনত্র'ও মীচম ময়ামদ শেংপা চাবা থুংহনত্রাও ? টাটা গাড়ী শাব, লোয়ব কম্পানী মহাজন্ন ইনাক থুঙ্গংলগা মীচম লাইরবশিং দলানদ লৈব ফংগদ্রা, মব্ুক থনগত্র। ?

:ব :— মেচীন ইঞ্জিন হায়বসি ময়ামগি ফনব মতিক চাব মীন শিজিন্নববদি হৈকো, ড্রাইভরন খর থক্লগ মী ৫০/৬০ তোংব গাড়ী থোবসিদি—

'বা :— হঙোইন সনমুক চাউনব ন্ংশা থিংলগ পোংথোকপদ পোকখায়বগুম্বজাংনি। থাজবদগি ডাক্তর বাব্ুগি মথুক্ত ইঞ্জিন থোবগি নেশাদ, ধর্ম্মগি লোনমদ, ওক্তবীগি মমীং গুহাদ, মহাজন কয়াগি মতাংত, অমনব চংনবী কয়াগি থুজীনদগি অপঙব লাখা কয়া মাঙল্লে। নপা ঐব্ু থাজদ্রবদি মুম্নস্থ খওদব কনাব্ু করিগি থাজগদৌরিবনো ?

হৈ :— ঐব্ুদি বাজীব্ু থাজৈয়ে, ইচেগ তাদগদি বাজীব্ু মী অমনব কৌই।

বা :— মী অহনব মখোয়ন মীগি মতৌ তম্মগ করি থবক পাং-লবগে মাংহনব মতুন ? মী অহনব লম্বী থোনবদ ওাংরিব মখোয়ন লিব্রব তাইবংপি লুবব বা কয়া থজ্জব কৌনব্রাও ?

হৈ :— চাক তাংবদ ওম্মগ ছেৎগ্রীগ করম্ম চাগদগে থওদব মখোয়ন অচল লগনব, লকুবদি হৈ মখোয়গি ব্রা কাম্নদে বাজা, সনগাডা সিব, ইখুন শাজব নংত্রবদি শিজিন্নব ফত্রা ?

বা :— শেল হৈলতে, সনগাড়ী ত লে, থবক ফংব রানরে। ফিভমসিন গাভীদ, শাগৎপা হৈব ওন টাটা গাড়ী অম শোংলগ শিজিন্নবগি শেল্লোংন সনগাড়ী ১০ হৈব ফং-নব ওায়গত্রা ? মতম কয়া মাংলবনো মরৈ য়্যেংনবদ। ঐ কয়া কুইন কি খিনি নং থওব্রাও ?

হৈ :— কদায় শওদগে ?

বা :— ঐশু থওদে! অমনদি থবক শিংনব মরৈ য়েংনবগি করি কাম্নরি ? থাজো, থবক কম্ন শূসি। মীশিং য়্যাংন হেঙ্গংলি, অওকপ খুদোংথিব কয়া তুংদ থোক্লকওয় হায়ব ওমদে, অশি অমান কয়্যং খংদে হংচি থওদে, ফিভম-সিদ পাথক য়াত্রাও ?

হৈ — মালি, তুংদ তপ্পান তা পায়তুন ওায়রবনি।

বা :— ওায়রবনি, তপ্পান তান্নব ফংদনব ঐদি য়্যাংন লাপ্ন চেন্নিং-লবনি নংবু শু পুরগ।

ঠৈ :— ইচেগ তাচাগদি লৈজখৌব হায়বদুনি, মখোয়দি অকিব থত্তদে, ইচেন পুংহৈত্তোন মুল্লগ চানি হায়দুন ভায়রি ; তাচান বিলাতী হৈতুপ পোইগুদ মুল্লনি হায়দুন মফৈ নিকই।

বা :— নচেগি পুংহৈত্তোন পাম্মীবু কদায়দ হৌরি হায়বগে? নয়ামগিদি পুকম হৈতুপ অফকপরা ?

ঠৈ :— ইচেন অম্বিকাগ চান্নবগ লাইরব হৌদোক্লনি, তাদন হিঙ্গোন্দ কুন্দাবৈ থাবগ চাউখৎকনি সিদনি। নুংভাই-গ্রুপোংনি মখোয়গি মণ্ডলান্দি নুংভৌগি দলাল মখোল মখোল, হিঙ্গোন্দ হৈকোল লৈকোন, ইবোইশাল্লনব পুঞ্জী মপান্দ লুপ ন ইঙ্গু শিংপ লম্বীদ সনান ইঙ্গু শিংপ, মথক্ত কার পেঙ্গ মানবি, পাঙ্গান্দম মানবি ......ঐন তকইবদি মখোয়গি মচদুদ শমুন জানব, কপ্পান তপ কাবদথ থোদুন চেনব অমত্ত য়াওদে। ঐতোন্দ নংবু কার তোংব য়াওরোইদ্রা- হংইপোংনি।

বা :— কার কোবদগি টাটা গাড়ীগ থেঙ্গাইনদুন লম্বী অথুব থোনব যাম্নদৌবগ শক্তক সন গাড়ী তোংডগে হায়ব য়াম্রাও ?

ঠৈ :— কার কোংলগ মী তকউবগি ইথরাই মাংদোশক থুং লোইরব একাগ ভী তোংজগে থুম্মি ঐন। চাউখৎতে হায়দুন মখোয়দি ফাক ফাক নোকইপোংনি। মখোয়সি কার তোংব মতিক চাদ্রিব নাপলনি হায়ব য়ানীংদে।

বা :— মীপি অ চেংবদ চপ্পগ মবুক নোইব, নাপলতোব মীশিংবু মীয়াম্ন নুংশিনদে, মখোয়ন খিত্তং শোইরকপ ভাইদুন লৈনৈ লমন খুম্মিংবন।

হৈ :— অমুক্তং ইনাক খুল্লগ নোল্লুক্ত মীয়ামগি মতেং পাংলম্ব ভম্মবদি শিব নুংঙাইনি বাজীমু।

বা :— লাইরন পুকচেল শেংন লৈবাক্তি অভম্ব সেবাদ হিং-লম্বম্ব অক্ষানি। মখো মথোবু পুকচেল শেংন থবাই য়াওন তোনরম্মবদি মপ্পীগ চৌকিদার মচা অমগ পুন্সিগি দানদি চপ মান্নে অনিমক মাগন নুংঙ্গাইন শিব ভম্মি। নোংদি ফজন ঙাক্লে, থবক পায়রসি, বারী কুইন শাবদগি মাংখিব মিতনদু ভুদ পাম্মুবক্তুনব তৌসে!

(মখোয়নী মফি শেম্মি, খুংলত্ত পায়রগ চংথি উরক্ত খোঙথং মাপ্নন, ঙইক চংলগ লেপ্পুন বারী অমুক শায়)

হৈ :— বাজীবু ইচেগ তাচাগন থবক থোবা কয়া পাংনব তানবদ য়াওহন্দ্রেব, কাকাগ চিঠি চৎনবগি মরোল-কাম্ম অমত্ত তাহন্দন করি করিনো কন লেম্ন কোৎনব মাল্লি। মদুগি মরম বাজিবু খঙব্রা?

বা :— ঐগি অরিব লৌচিং, ইন ংসি মখোয় নভারেলন, পুবান মৈ থাথবগুম থাদোক্লীংলে, ঐবু মপানিন ভাংমক্তি হংঙংদন, অদুন ঐবু ইমিৎ খুমজিন, ইনা পঙহন, ইচিন ভুসন হি হন্নীংব।

নংবু মীতৌতম হিংব মীতৌকচাক কাংবুদ য়াওনীং ত্রাও ?

হ :— বাজী ঐদি ইপা ইপুগি থুঙ্গ হুম্মি'ই।

বা :— অতুদি ইপা ইচা থাজনব, নমথাক তৌনদব, শিন্নগ শিমিন্নব চংলগ চংনিন্নব।

হ :— ইপা-ইচাগি কো-ওপরেটিভ সোসাইটি সি মতম কুইনা হিংসনু।

া :— থবী পাম্বীদ কাক থবী পান্দসনু! মপামপুগি মহৈ মনাৎ, লমগি সন মচৌ অতেনবন শিন্দসনু! ঐখোয় লৈরি ইরৈব'ক মচা ওইনা।

হ :— নোংক্লৌ ঐখোয়বু লাইরৈ হ'য়ন
নোংক্লৌ ঐখোয়বু পঙচিন্ন হ'যন
লোম্প্ন ঐখোয় ইরৈবাক্তি মমায়!
( অকে নবগি পরেংতু মপামচা লাওমিন্নৈ )
( মপামচা কোন্নরগ থাদোক্লে, হন্দোক্লগ মুম্ন য়েংনৈ )
মপানা ফুর্বিংখাওদে পুংদে ল অম পুখে রক্লগ চামিন্নৈ, মপান ওঙদ লৈ. মখোঙ মথুং খোঙথা' খু'হায় মান্নন ল ম্ম.দোন চংখি )

' স্যুট টাই, টুপীন সাহেব শানব, কেমেরা মচা মাকল্ম য়ানব ফরাংজৌ, কো কৌহন লাকই। থৌরি ১ পান্নকই।

জী :—ও: হৈরোল! ইনাও অপঙবা! ( থুম্ম ভাদে কোইন য়েই, কোইচং চং )

কু :— ইউ, এস, এ, নল্লগ কশিন্নাদ য়োল্লবদি ভারতকি শেলদ লুপা লিশীং ১৫ দি শিংপ য়াই — থাইনগি মীনি হায়নরগ।

ফ :— আসামগি শামুগঙ্গোসি লুপা শিশী ৭০/৮০ শিংপনিন ঐখোয় বাজী য়োল্লগ ১৫ দি শিংপ য়াই। ভায়থোং, মশান য়ারোইনে য়োল্লগে হায়বদ।

কু :— মহুদি থেম্ব ভারে, শা ভা. য়েঙ্গাং অহাওব পীক্ষনি, লুপাগি শারদ শুংভান্দন লৈরুনি, মেম লুপী অমা লৌব ফংনি, নোংমদ পুং ২/৩ কার ভোব ফংনি আসনচিংব।

ফ :— মখবদি য়ামন য়েংপ হৈ, ঐখোয়গুম য়োল্লগে মান পোকপ মচানি হায়রকলবদি ?

কু :— অশিংব মতমগি চাউথংলব মী ঐখোযন. অমনব ভপতব মাবু য়াহনব ঢম্মাইদ্র ও ? মান হেন্না শিংরাও ?

ফ :— শিংব পভবদি কনান হেল্লমদগে থঙদে, মরে য়েংনবদি হচেগ ইমানীবু অয়াম্ব মতমদ মান ভুম্মি।

কু :— অতুনদি নচিন নোপ্পা অমন কুশাক শ য়োকশংদ চংলো, অমন আমেরিকাগি চিড়িয়াখানাদ থাহনলোদনা।

ফ :— ফাগী নতে, বাঙ্গাংনব য়ামন য়াব জাংনি।

কু :— মশিক চাবন লৈহৌব য়ানব ভাংনব হৈহব নচিন নোপ্পান মাংথিব ভারে, দারউইনগি বাদো।

ফ :— য়োং শওমন নিংথৌ ওইন পালকৌরগ অদোমগি অমদি তাহবং মীগি করি কান্নদোরিবা ?

কু :— লোইশ চনগে, মীনাই ওইনা শিজিন্নগে কারখানাদ, বাইওলোজীগি এক্সপেরিমেন্ট তৌনবদসু য়ামন কান্নি। বারেম ঙাংনবন নুংঙাইব য়াদে, ঐ চংলগে।

ফ :— অঙক রান থবক শিংলবদ উমদন লেংব ফত্রাও? ওঃ হৈরোল ইনাও অপঙবাও! ইপা কৌব ইকাইব ওঃ বাক্সী! কদায়দ লৈরিবনো?

কু :— ঙাইগো নখ য় ফাদরন পামইবব, করিনো?

ফ :— হান্ন চাউখংতন লৈরিব ফিভমসি থাদোক্লগ চাউখংথোরাং পায়খংসি কায়ব য়াত্রব।

কু :— চাউখংনিঙদব মহাক লৈজহোসন, নখোয়মখৈ চাউখংনব তৌব য়াদ্রাও?

ফ :— দিল্লবাহার কৌব ঐখোয়গি কাকা অম দিল্লীদ লৈখি, মহাক্ত শেল থানিরক্লগ চাউখং থোরাং কয়া পায়খংলৌরিবনি। কাকান থাজরিবন বাবাবুনি, শেলশু মাগি নামদ থারকই। শিজিন্নভম খংদকুন বাবান অরেম্বদ খর মাংহন্নি, অতৈন হন্দোকখি।

কু :— শিজিন্নব হৈংকুন শেল অমুক হন্দোকখিবা? নখোয়ন শিজিন্নক্রম তাকপ য়াদ্রাও? অতুক নোক্লিংব কদায়দৈ মপা থিক্লনি! শেলবু লৈরবদি ঐখোয়দ তাকলকউ, চাদিং তৌক্রম তাকপিগে।

ফ :— ঐখোয়ন কায়ব লৌদে মশক চাদব মীগিথুক্ত শেল পায়হনবদি মাংনবগি মশক্লি, ইচং চুমদে, চাউখং

থোৱাং পায়খৎপদ ইতিক চাদবনি হায় ঐখোয়বু।

কু :— মতুদ নখোয়ন কমদোন খাংবা?

ফ :— য়্যা করক করক চৌকুন খাংইবনে, চানীংব চাব ফংগ্রে, শেংনীংব থুংগ্রে, খুন্নুংগি য়ুম্বান্দ হেন্রে।

কু :— নখোয় বাবাসি য়েরুম চান্ত্রা? হাওতে হায়রা? কার তোংব নপাইত্তে হায়রা? দলালদ লৈয়ু হায়রগ, পুয়া পুনদে কিজে হায়বজাংলা?

ফ :— খাবক শরেং নোংমকাদোক হাওন অরুম চায়, মরুম মপী চাদে মাংই লায়, কার তোংবদি মী ভকউবগ রা য়াম্মি কি হায়তুন য়াদে, দলাল শাবদ চংইব মচাক, সিমেন্ট জিন্ম, মীরৈবাক্কুগি পোং য়ারিবমথৈ শিজিন্নীংদে। চাউখৎপ হায়বসি মপান্দ্র মকু ফজবন ওইদে, হান্ন থন্নং মতিক চাহল্লগ কোন্ন মপান শাহন্দ্রোবদি লায়। চাউখৎপ লৈবাক্কী শাজং লিচং হৈনন্নব অমাদ হৈননব তম্মিব ঐখোয়বু জাং তারবনি; লৈবাক মাংহন্নব পোকপনি হায়।

কু :— কয়া কুইরে নখোয়গি ইমা লৈখিদবা? বাবান চহি কয়ামুক শুরে হায়বগে?

ফ :— ইমা লৈখিদব চহি ৬/৭ শুরে, বাজীগি চহিন হুজিক হুম্ফু মঙারোম শুররিনি। করিগিনো?

কু :— নপী অম থিবিসি, নমাতোন ওইনব, অদুগ জ্ঞান থর তারকপ য়াই।

ফ :— মুপীতুগ মখোয়নী চপ মান্নহন খুন্নং য়ুম্বান্দ অহুম চখ-ত্রবদি ?

কু :— পীতু ঐখোয়গুম্ব জ্ঞান তাব, চাউথংপ পাম্ব থনব তারে

ফ :— কদায়দৈ থিরুদোরিবা ?

কু : – বান খিদোব নত্তে, ঐ লৈরিবসিদি ?

ফ :— করিনো ওইব্রনে ? ( ওকই, য়েনৈ )

কু : – অপাম্ব থবক পাংনব হোংনবদ করিবু পম্মতুন থাকফম খে কপগে ? ডাক্তর অমগুম ঐবু কোরে, নখোয় য়ুম্বান কান্ত্রবত্রু লাইয়ে বিংব, হিদাক লৈনব শেল লৈজত্রবদি ডাক্তব ঐন ফুরিংগাওদৈ শেল অয়াওব পুথোকপদ করিগি ওকইবনো ?

ফ :— থবাই য়াওবিমনবত্রু ঐ ভাব তাজদ্রে !

কু :— চাউথংপ কাংবুন চ উথংতব নখোয়বু চ উথংনব জ্ঞান তাহনব তম্বিব ওডাইফদবনি। ঐখোয়গি ইতৌতম ইথাপোন গুরু শিষ্যগি মরীহ লৈনরবদি হয়েং থুদোং থীরব মতমদ নখোয় ঐখোয়গ মীচং ওইনিংনি। মতু গিদমক করিমত তনব হঙ্গোকৈব মথো তাদে।

ফ :— অত্রুক নহা ওইরিবী ঐখোয়গি লেঙ্গান চফি ৬৫ গুরব বাজাদ নংশিব হৈনবিগদ্রা ?

কু :— নখোয় চাউথংতব লৈবাকমচাগি পডলব বানি মহ। পুন্সি হায়বসিদ য়াম্ন থঙহৌব থেংনহৌব কান্নৈ, মতুন নিংশিং পুক্কে অদ ইনাক খুলহল্লি। হনবদ ঐন চান্নন

হুংশিদৌব নত্তে। চান্নন হুংশিনব নখোয়গুম্ব য়েংব নুংঙাইব পাখং অপঙব মশীং য়াম্ন লৈ ঙাইবংপানসিদ।

ফ :— হস! য়াম্ন লায়ন খনবিবোইরে নুংশি নুংঙনবা হায়-বসিবু...... (ঙকই মকোক প'য়রগ ফমথে)

কু :— চাউখৎপ লৈবাক্তদি মন্ত করিম্ব ওইন খল্লদে, কান্ননব য়ুম্বান ফগৎনব পাম্ব ওইন শিজিন্নরগ লোইরে।

ফ :— জঙ্গলগি শাদোন মনীংতম্ব।

কু :— মখোয়ন পঙ্কন মীশক মীমায় য়েংদন, অশিব ঐখোয়ন কান্দৌব মতিক মরল লৈব খল্লগ নীংতম্ব।

ফ :— করিগুম্ব ঐগ অদামগ নুংশিনববদি ঐন পামগনি অদোমবু কনাগুম্ব নুপা অমত্তগ মরী লৈনহন্দব।

কু :— পান্তম থোকই, ঐম্ব ইমায়দ নাইলোন অপাবগি মাংগুম হাপ মপান থোক্কনি, দোকান্দ পোং লৈব মংমদ নায় খিংতং থাদোক্লবম্ব।

ফ :— দোকানগি মহাজন মমাংদ করিগি নমাথ হাংদোক্কনি।

কু :— পোং মশক খঙনব মাগিম্ব ঐগিম্বু।

ফ :— মহৌন করি কান্নবা?

কু :— হায়ং তুংদ নহাক্ত লাইখোকপিরব মতমদ ইমায় য়োনব বাদনব।

ফ :— ঐদি মংম পুম্বদ লুন তৌনি ঐন নুংশিজবী মাবু।

কু :— শানৌহুস, মংম পুম্বদ মাইখুম কাপ্তুন লৈরনি।

ফ :— শাবি ইবুংঙোহন করিগুম্ব নংথবক্লবদি?

কু :— য়ুমদ মাইথুম থনম্মগ শক্তি খৈদেন্না উফক্ক ওনব ফুরাক শাক্তন পাইকনি।

ফ :— মাঙ্গ মান য়ানী ঙোই মত্ত।

কু :— য়ুমদ থনগ্ন মাইথুমদু মহোন্দ উপ্পিরমগনি, মাঙ্গ মাবুদি করিমত্ত উহন্নে'ই। উবু উদ্রবদি সতী, মপুনাংবা দেবী।

ফ :— থনুং শেংদব, ধর্ম্ম থঙদব, মমল হোংব মীগি লৌচিংনি মদু

কু :— ধর্ম্ম লৈব মস্তিক মরমম্তু ব্রাংভব নিংথৌগি য়াণী ওইবদি নাওম্ম থনুং শেন ধর্ম্ম থঙবা সতী ওইব ঙমজনি অযাপুত্র।

ফ :— মপুরোইবন নংথম্বকলগ অরাবদ ভারগ থোক লংথোক্লম মক্তাক্তন অমগি মতুং টনখিব পাম্বা নুপীবু পা কনানম্ম মমল লৈবা সনবীনি হ'য়নরোই।

কু :- তপ্পা কিবিদ্রা ' কয়া কুইন তপ্পু গি মমাংদ লেপ্প উম্বি-গদগে ধর্ম্মবার ?

ফ :- তপ্পা হায়বদ কারিনো ?

কু : হনুমান, হারক্যুলিস, সীজর অংলেকজান্দারবু মাইথীব পীব ঙম্ম তপ্পাবু মশক থওবিদে ?

ফ :— কনানো তপ্পা হায়ববু ? কয়া মপাঙ্গল ফব অথোবনো মাবু ? মিষ্টর ইউনিভরস ফংখিব জাংলা ?

কু :— মরাক য়াওরবাদি ওলিম্পিক রেকোর্ড পুম্ম খুগাইনি !

ফ :— করি লৈবাক্কি অথোবনো মারো ?

কু :— অহিংব জাব পুম্নন কিনব তপ্পা, অশিবৈ লৈবাক্কে থা-রুকপ ধর্ম্ম প্রচরক।

ক :— মহাক্ন শন্বোকহৈব ধর্ম্মদি করি ?

কু :— খ্রীষ্টদে অথোইব ধর্ম্ম, বাইবল বেদ বেদান্ত, শ্রীমদ্ভাগবত কোরাণ তম্বিবদে হেনব।

ক :— করি ধর্ম্মনো ?

কু :— মীচং নায়দব অথোইব ধর্ম্ম, অহিংব জাব, মী শা তীল কাওনফাওবদ চত্তব য়াদব ধর্ম্ম। ধর্ম্মদু থোশাদবদ থৱাই মাংব তাব, মরম অদুন ধর্ম্ম অতৈদ গ হেন্ন লুব ধর্ম্ম।

ক :— ( মনাক্ন চং ) অদুবু কাবনো কোংলো।

কু :— তপ্লানা সগোল থোরগ তারকপ লান : চাকলাম্ব, চাদব য়াদব ধর্ম্মন অহিংবগি অথোইব ধর্ম্মনি। বাইবল, কে র ন, শ্রীমদ্ভাগবত অরাইবনি অবাম্ব কোংজন অরান খুন্তম ফংব য়াদে। পুকথঙ্গবী সতীব, ধর্ম্মগি নংশোদ য়াইফো থাবিনু, শিংলবদি দেংকাঙ্গ থোক য়োম্বোকপিয়ু, পাম্ম- রগ হোংন লেপশিনবিয়ু পুন্সিগি মথেল অম ওইনব।

ক :— চকলোন থনুংলোন্দে হেন্ন লুৱাও ?

কু :— থনুংলোন লুনদি হিমালয় চীংথো দ উন থর উম্মগ থক থক নিকপিক।

কু :— হৌদোং, চুই, য়োং শওম ফাওব তম্বিরগ মাবদ নথোন্ন বাবাদু কয়া তোপ্রব তীল ওইদুন তম্বিব য়ারোইদো রিবনো ? নত্তে, নুংভাইহৌব য়াব মতম কয়া মামন চাদিং তোপ্রবনো ? চাক লাম্মক তোক্নরনি।

ফ :— ( ফুরিংখাওদৈ মিঠাই ১ পাীরগ মাপ্পু অম চায় ) তশেংন খাজবিত্রা—শাওম হন্নুবহ্ তেহনব য়ানি হায়বা ?

ফু :— ফজন মেক অপ তৌবিরগ নঙ্গোদৈ কেম্ন নহা ওইরকপ য়াই। শেম্নগং শাগংনব শেলবু লৈরবদি মতম থরগি মন্‌্ংদ চাউখংলব লৈবাক অম ওইহনগে। মীগি মহুং শিন্দুন মেছীনব্‌ থবক শুহনগনি, মী মথৈন হরাও কুংম্মদ ইরোইগদবনি, নোংম থবক কাব, নোংমন ইশৈ জগোহ খাৎল— তরত রত! ( চোংমিন্নে )

ফ :— অশ্নম হায়ন ঐখোয় বাজীগ খাবল চোংব ঙমগদ্রাও ?

ফু :— চাউখংপ পাম্মবদি অতৈ অমুক কল্লক্কন্‌, মীগ মীগ মান্নব মিংয়েংদ য়েংব লৈনগদবনি। অহল লমনস্থু পুন্সিগি শান্নব মথল থুদিংদ য়াওজসন্‌, হেক ঙম্মিবমথৈ। মড্রোন্দ থুংব ঙা মকোক্তু পেন্নব চুপসন্‌, মরূ শায়ব ঙম্মে শায়-জসন্‌ ময়াব্‌ ফরবদি। বাবাবু য়া ফরিত্রাও ?

ফ :— য়াদি ফন ফরি।

ফু :— কোন্ন উনর্নাস ঐ চংলগে থেংগ্রে। ( চংলি )

ফ :— ( খাম্মগ ) করিনো থবক্কি পাংদ্রিঙৈন।

ফু :— করি থবক্কো ঐন পাংব তারিবখো ? নহাক্ক চান্নব তাংবা ঐঙোন্দ কান্নরোই নখোয় ফাদরন শেল উপুগি শো পায়বন, নখোয় ফাদরগ ঐগ চান্নগে শেলহ্ শিজিন্নব য়ানব হায়ররবস্থু নংন য়ানিংদে, কল্লকই নত্রগ নংশা থী।

চাউখংঙ্গব নখোয়গ রা ভানব থবক লৌমিন্নব য়াম্ন ভণ্ডি সন্দা।

ফ:— নংন করোং ঙমাঙোন ওইগ্রগ বাজিগ মান্নহুন ঐবু ইন-থোক্লবাদ হায়ব রাহং অম যাওরি।

কু:— বুঙ্গাসিদি, নখোয়ানমক চান্নদৌরিবনে। কনুব খুন্নুং মীহুবু হাংতোক্লসি নহাগি চাউখং লম্বীদ য়াঙন থোব য়ান্নব হায়রবম্ন ঐদি য়াইরে। ভাব ভারত্রা মিষ্টর ফরাংজা?

ফ:— হাংপমজ্ঞ যক্তে, কুন্দালৈ রাখল লৈরাং। লুখ্রেদা অঃশ্রেল নহারোল চান্ন চিনব লৈমিন্নগদবসি।

কু:— কুপ্ন শস্তুকুনু দিয়ার, ঈরাই লাইব রানেঃ নংন লুখ্রা হনুবা অম লৈরো. ঐন পাখ্রা কনুব অমদ লৈগে: লৈবাক্কদাক ঈশাগি থন্নুসে চাউখপ পাম্মবদি।

ফ:— ফরে লংকও ঈমাকোন, ঐখোয় বাজানা রা ভুপনক্করসি (মখুং পায়রুন পুথি)

কু:— ভৌনু, মুংচাইক্তে, ভসিদি ভস্মরেইং থেংখ্রে। চিংন চিংন চংখ্রে।

১০ (শাংশাপ, গোপালস চপা বেঙ্গলী সেনন্দ দেবনী ইন্দুবালা, সাক্ষবশাং ইনাকখুনব মান্না অম্বিকাগ চিঠি লোন দিল্লাদগি খুংলব অং পানমন্নুন লাকই।

অম্বিকা: (চিঠি পায়রগ) নংারোলম তৌরিব থবকশিংহু ভাদন য়েংশিনবরিনি নাংজে। অহানব থাখিব শেনকমতুগি

হিসাব নিংথিন ফংই। অনীশুবগি শেনফম লম্বীথোঙ শেমুবদু হিসাব খর চৎলৈ। তশুবগি শেনফম যুম কৈ দোকান শাবদু ওন্দ হযাঙ য়াওবিদব মাগি, হিসাবশু মকম মরাং খংদে। ৪শুংগি চাউখৎথোর দে থাদগদব শেলশিংগি শিজিন্নভম য়াম চিংনিংঙাই ওই, হিসাব উৎলিবদু অয়াম্বন য়ানীংদে যাম্ন মোংলি।

ইন্দু ঃ— ঐশোয় বংদাদ কাকান পীবকইব চিঠিনি। অহানবগি শেনভমদু শিজিন্নবদ বাবা য়াওবম্মি। অংগ্রেন নহারেংল মোং শেন্নবকপদ ফরাংজী ইমানা তান্নদুন অনীশুব শেনভমদু শিজিংদ বাবা য়াওহনদ্রে, ইমানীন থোকপ কৌরে। অকমশংব মরীশুবগি শেনভমশিংমু ইমানীন অয়াম্ব চৈংগোকলে। ভাব তারিব্রাও?

অ :— অহল খংদকন্দন নচিন শোপ্বান থবকশু নিংথিন তৌদন শেন মথামদু হাংলবানিনে?

ই :— থবক খর খনবুদি তৌরগ শেলগ মতিক চানদ্রবদি, বাবাবু উহল্লগ ঐখোয়ব, কেদোংঙদ ডাকাপরোইদব ফিভমনে।

অ :— ফরে, মথা পাখিগে! (অমুক পাঠৈ চিঠিং) লৈত লায়র কোকুনব যুম্বান ফগানব পোরাংগি শেল অমুক থারকখো হায়রবদি হিসাব পুম্নমক চুম্মি তায়ব মরম উংতুন তাদন শোদোকপিরকউ। অতুগ পাংগ্রব থবকশিংগি মরমদ অক-ফও কাম্নব কাদব তাকুন শনলপ্প মীংগেং অম তাদন পাবিরকউ।

ই :— বাবান মদ্‌ ইব তারবদি অওকপ অমত্ত ইবিরোয়, ঐখোয় হিংবগি কান্নরোইদোরি।

অ :— মচা মুংশিব খঙদব মপারা নখোয় বাবাদো ?

ই :— পুকচেল তিন্নদে হায়দুন হায়ন তানব য়াংপোৎ নত্রে।

অ :— নখোয়গুম্ব অদুক ওক্তব মচাশিংবু মমা মপা কনান মুংশিভম খোকপগে। মুংশিদবন নত্তিক চায়।

ই :— ফত্তে হায়দুন শিদোকপ য়াত্রাও ভায়া ? করি উপায় লৈবগে খল্লো।

অ :— মত্তেক খিংতং রাংলিবসি পাখিগে তৌবঙ্গী। (পায়) ঐগি মীৎসু নাকোংসু ওপেরেসন মতুংদ থর থরদি ফরক্লে। থর হেন্ন ফগৎলবদি লাকইব নি থমথা এক্স-মাসকি ছুটিদ থবক ময়ামদু য়েংব থোরক্কে খল্লি!

ই :— কাকা থোরকলবদি ঐখোয় লংফৈদ লোৎখিব তারিবনি। ম্যাগি মমীৎ মনাত্থু পাকপুদি ফগৎলোইদ, ফত্তনব লাই কন্ন খুক্কাইবনি ঐখোয়।

অ :— উম, তৌবিমল খঙবা মচা মত্তু কায়বত্থুনি।

ই :— কাকাবু নুংশিদবগি নত্তব, তৌখিব থবকশিংদু মোৎ-মনখিবন মায় থত্তম লৈতবনে। ঐখোয়ন নেকপ শিজিন্নব মীশিংদুসু ফৎখিদ্রবা হাৎলগ চেন্দোবগিদ হোৎনব। তাইবং মীন সুক ফত্তবসি করিনো খঙদে!

অ :— নখোয়ন ফত্তবনিন মী অত্তেসু ফো হায়ব য়াব হৌনদে। নখোয়দি নমথাক লোনম্ন ওইজব তানব, থাজব হাৎলগ নুংঙাইখৎনব হোংনবসি ধর্ম্ম ওইন থন্নরে।

ই :— কমদোরগা ফগদগে ? খল—সাইকিয়াট্রিষ্ট।

অ :— শাওদি শাওমু মখোয় নচিন নৌপ্বাসি শুকখিদ্রব দেলিনকুয়েন্ট ডাক্তনি। নত্রাও ? আইন কাইবা, সমাজগী নীতি থোৌশাদব মীকি লাইকিদব ডাক্কি। নত্রাও ?

ই :— লোৎভুন কান্নপোৎ নত্তে, মতম মাংনবানি, শচুম্ব ডাক্তনি মিষ্টরন হায়রিবঙু। অনগ অমুক চাৈন্নে, অমগ অমুক চাৈন্নে, মরূপকাদ মশিং শংপোৎ নত্তে। শেল মাংহনথাসমু নেশ অমানি; অঙুানব লাইয়েনব হিদ্রক লৈনব শেলবু ঐখোয় ফরাজীন মুদ জুরারদ, নপীদ নোট মপুন মপুন মাংকল্লব।

অ : অদোমাদ পাংশুক ওক্তব নপীদি মান্দে। নত্রা ?

ভ :— মেম লৈশাবাশিংগি মত্তো ভম শাম্মবদ, এঃ—ঐন্দু ফন ম্যান্মে, অমগ নিতং মানদবাগ অম চেক হোংবদ—কারনো হবুংজো—নেশা অমনি মশাং ২০মুক্তি থর হেল্লে।

অ : মীদি য়ান্ন খঙবিরব, পুন্সিনি মহাওদি পেন্নব থকপিব্বজাংনিনে ?

ই :— কদায়দৈ পেজকগবনো পেনবব্দি। অমদৈ হেন্দে মবক-চেল ফারব, নীতি খঙলব সাধুনি, পণ্ডিতনি, জজনি; মন্ত্রীনি মধন ওকগ্রবরজাংনি হায়বশি ছুন ভাওবসিদি সংয ঐদি লোমন খঙজি। অংকপ মী লৈতে।

অ :— ঐন্দু ওক্তব মীশাংদ য়াওরত্র। ইন্দুশালা ?

ই :— অপঙ্গব অঙাংদি য়াওদে, মখোয়দি শাম্নপোৎ অম পারগ মদূন পুন্সি চুপ্প লেনব ঙম্মি। জ্ঞান তারব মীশিংদি পুন্সিগি অমৃত মখল পুম্নমক পেন্নব থকহৌনব লাক্লে— পোকওমদন পোকপানন ! মুংঙাইরব নোভেলদ য়াওব নায়িকাশিংগি মতৌ পুন্সিদ হিংনব লাক্লে ঐদ ! অমত্ত থায়াম পারিদ্রাও ? কবিতাগি য়ুথু খর ফানবিয়ো। কাকাবু থাজহন্নগ ওঙব শেনঙম অম লাক্কদৌরিবসি ঙায়ব ধারবনে। মতু হেক লাকপগ অদোম্বু তম্বিজগে পুন্সি করম্ন লেনগদগে হায়বহ্।

অ :— ঐঙোন্দদি তম্বিন্ ইবেম্মা, ঐগি ইথৌ তৌব হৌনবত্তু লোইরগ চৎচখিগে! ক.কাদাগ শেল হাৎনব বাবাগ নখোয়গ চান্নব নত্রগ য়ানব তাঙনি করিগুম্ব পাম্নেন। নখোয় বাবাশিবু কয়া য়াম্ন শাথান নখোয়গ য়ানদবগে ?

ই :— চহি ৩৫ রোম শুরব থুন্নুংগি অহল, পাগ্রা. চাউথৎপ পামদব, মতমগি ইরাংসি চ'দনব মনাকোং, মম্নিৎ, মনাকোন থোঙ পুম্নমক লো'ন্নগ হৌগ্রব পুন্সিগি মঙ-লান্দ্ তুমত্তুন লৈগ্রব নিপা'নি।

অ :— নখোয়গি বাবাসি হায়ন তানব ইনগদব নূপী অম থি-বিবদি কমদৌই ?

ই :— মতু ঐখোয় ফরাংজীন হোৎনরি। অতৈ পাম্বদি ?

অ :— নচিন নৌপা়ন চাকওইনত্তুন হঙ্গর স্ট্রাইক তৌরবদি ?

ই :— ইপা ইমাগি মাইয়োক্ত অপাম্ব কংনব সত্যাগ্রহ তৌব চুমদে হায়নৈ অহৎঙ অহৈশিংন।

অ :— মতুংদ চুম্মি অঙাংশু নপ্রবনিন, তাল্লিব অপাম্বহুগ হুরান লুরে খর কনবীয়ু হায়ব ওহন তৌরে, অওকপ নহান অমুক্তুংগ শোইক্রবস নত্তবদ।

ই :- হোয়নে অরানব হিরমগিদনক সত্যাগ্রহ তৌবদি মীন নোক্রবনি।

অ :— খাইদৈ ফব পাম্বেদি নখোয় বাবান হায়ব ইল্লগ চান্ন চিন্নন বাবান তাকপ মতুংইন্ন খবক চথমিন্নব, নখোয়গি নরালশিংঙ্গু উখোকপ, ঙাকপিয়ু হায়জব।

ই :— ঐখোয়গি ইরাল মাংকল্লূব শেল য়াম্মনবন ইপাদ কাওব হায়জ্ঞগদব ইকাইরবনে, মতাক্লু ম্যাবিরকপ য়াবিরক্তবদি লাইবু লাইরক্তন। তিঙ্খং যুগ্রবদি তিঙ্খ'ন হনব তাবগুম লৌনমদ চথরুব থবকশিংতু লৌনম্ন সুম চথব য়ানব পাম্বে পীয়ু পণ্ডিত। নরক হাংবস ভাজগে খবক লেপ্প য়াদে। তপ্পানা তাল্লকক্কি ভৈদ লোইফাংতব থবক শিংতু লোইশিনব তাবনে, অমোংপশিংগিন উৎ চায়হুন খুমজিনব তাবনে!

অ :— তপ্পা কায়বদি ?

ই :— ঐখোয়গি কাকা দিলবহার, মমীং ফত্তব মনা তাথীবদো মহাকপু নিংশিংবদ নুংশা হোনব রারে ঐ।

অ :— অদুগ নখোয় বাবাসি অঙাওব তাহললো, তেজপুর নত্রগ

ময়ামতু যেংই। ইন্দুন মথোন্দ চা যেম্রব ইঙ্গিৎ তৌই ফবাংজান ইন্দ মনাক্ত চংলগা লোম্ন বা ভাংবৈ, চিঠিমু মঙোন্দ উত্তাঙ্গ, থান মাংগ ফম্মদ হনখি।

বা :— ও: - ও: !

হৈ :— ও:—ও:— ! শামু হঙ্করে ঐখোয়দি চাউখৎপ ভঙ্গ-চ্ছন। (শমু মান্ন ফমখি)

বা :— শামু ঐখয়বু শিকার তৌব লাকইব মঙ্গল গ্রহদ লাইমীশিংহুবু কনা কনানো ? কব্রি কব্রি খুংলাই পায়রকপগে ?

ফ :— বাজী ঐখোয়বু শক খঙ্গ্রবাও ?

ই :— নচা চাক্কনি অপোকপা ?

বা :— নশক অমত্তু খঙদে, কাউরে অহল ওইরদুন, ঐগি ইচাদি অমক্ত ভাইরে, অমসিদ।

হৈ :— অতৈন কন কনা ওইবিরবনো ?

ই :— ঐ ইনাক্ক ফম্মিবসি ঐগি মরুপ অফ্রিকানি, আমেরি-কাদৈ অঙাওব যেংব তম্মুব সাইক্রিয়াট্রিষ্ট, মীন শামু ওনব ফনব লাইয়েংব হৈ।

ফ :— ঐ ইনাক্ক ফম্মিবসি ঐগি মরুপ. শান্তি পীব জুম্পী কুন্দালৈ. যেংখিনব কাংবু অনিবু মরাক তাইশিনব হৈবী (কনাগুম্বন চা যেল্লি, কুন্দালৈন বাবদ চা পীরুই হৈরে লদমু)

ফু :— চা ফানসি মায়।

(বাবান লৌরগ চেক্ক য়েংই মঙোন্দম্ব চাদম্ব)

হৈ :— (লৌরগ ত:ছুন য়েংই): থকপ য়ানি বাজী। ময়াম্বক থকনৈ।

ফ :— তাইবং মীন সন ইরোই সগোল শামু শিজিন্নবদগি চাউথংপ হৌখি।

ই :— মীন চাউথংপগি মতুং ইন্না শা সনম্ব মবুক থল্লি মুং-ঙাইন পাল্লি। মীম্ব শাস্থ মুংঙাইব হেঙ্গংলি, চাউ-থংমিন্নৈ।

বা :— মীগ তিন্নবদগি শা সন ময়াংকংই; লাম্দচংপ সগোল লৌবুক্তা কুম্ব ইকোই, উ চিংব শামু মবুক থনব চেমদে,

হৈ :— ম্বুহোংবগি কন্যা মনঙ্গম্দ পুব শামু অমত্ত নোকপা উত্রি ইমিং তাংনি।

বা :— নেগ্রো লোইবদগি ইয়ু. এস. এ চাউথংগ্রে, নেগ্রো শিংবু কুচু ভৌরব্রাও?

হৈ :— মনপ মতিনদি ঙৌব্রা?

ফ :— হুজিক আমেরিকাদ নেগ্রোশিং য়াম্ন মুংঙাইব য়ুম্বান ফরব য়াম্ন য়াওরে।

ই :— দলান নৈব, কান্ন তোংব য়াম্মে।

বা :— সাহেবকি কারদ তোংব য়াওব হুইমচা হৈদোংমচা মশীং য়াম্মে।

ঠৈ :— মমাম্নব বার তোংব এখোয় থুঙ্গংগি ছই কৌদোংমথৈ চাক ওইনরে, নত্তরেদন কারগ চাক চানগে তৌবদ খোংবক্ত মখোল খোক্লে শোনবন।

ফ :— মহৌশারোল থক্তব ঙেঙ্গংপদগি মী য়ায় চাওথংনরে।

ই :— অশিংব মীশিংন চাওগংপ মরকত য়াওনব লাক্লে।

বা :— মহৌশারোল থক্তব অশিংবাশিংন মতৌ তমনিংব পাক্তক তৌবশিংবু সন ইরোইশিংগুম শিজন্নব পাম্মা।

ঠৈ :— মহৈ, মরল, মতকন হঙদে, লোন, লাইনংলখী, কে টাই খোক্তউপ, চকচা য়ুথকন থক্তদে মী কংবু অনন অমব থুহুম চনব পাম্মী।

ফ :— চাউথংপ থাক্ল হায়রুন লৈবাক কয়ন য়াংনি চেনায় লপ্তান তানব ফদনব। চোকেচন থদ।

ই :— অদোংন লিন কিদবগুন চাউথ তনাগ অর। অনং থক্তদব অপক্তবশিন লৈথম থোকপ লম্বীদ হয়োইগি কাং-পোং, সন গাড়ী শিজিন্নব হৈবগি হয়াওনার।

বা :— অপঙব মহাজনশিংদগী অপংব কর্মচারিশিংন ময়ুম হিঙ্গেল মপাঙ্গল বন্ধক থম্মগ পেল পু, চেক্তী বাঙ্গলা শানরি, কার লৈহুন তোংনরি, চাউথংলবনি হায়দুন হয়াওজরি।

ঠৈ :— মচা মগু হক্তক্ত চাউথংপ পাম্ব বাবুশিংগি ময়ুম হিঙ্গোল অপংব মহাজন নত্রগ সরকারগি ওইংগ্র, মগু-শিংহুন থেম্মা গাড়ী ইদব য়াও, কাংপোংন চক্ত চিংব য়াও

লুংঙাইন পাল্লি হায়য়ে, পাল্লি হায়য়ে। ঙেং ঙেং !

বা :— মতু করিদেনো, মতু করিদেনো ? থুপ্লব লাইরানি পার্ব্বতী, মুন্ন খঙজিল্লু প্রিয়ে !

হৈ :— থবক শিংন শাব কৌটাগি য়েঙ্গাং—মিঠাই চাব হৈনকুব, কায় তোংব হৈনবদে মথুয়াদ লৌত্রাওবী মরৈন লেকখিদ্রন চৎপ চেনব ঙমদব, মৈপোক লাংহৌ শা লান মঙমদ হিংব য়ানবনে। কেথোকপ তমব কান্নদব নঙে থুন মুংকে হায়রবদি। ( মপা মচা পুংদোল ১ তঙ্খাই তঙ্খাই চাম্মিন্নে ) ( কুন্দালৈ অম্বিকান ঙাংনরিব শিংডু তায়, নোটবুকত খোংচিল্লি করি করিনো লুংঙাইব মতৌ উক্ত )।

ক :— ( ক্ষমাং হৈংথোক : মী ৫০ ন উব লৌফমদ্ৰ ট্রেক্টর অমল মতম খিংতদ খোয়ব ঙম্মি, সন গাড়ী ৪০ ন হোনব ফৌত্ত টাটা গাড়ী অমন মতম থরদদ হোনব ঙম্মি। অরেম্ব মতমদুদ চাউথংপ মীশিংন কয়া লুংঙাইন পোথাব !

হৈ :— চাউথংপ লৈবাককি মীশিং লুংশা মৈশা বিজুলীবু অয়াম্ব থবক শূরুগ পোংথানব ফংলিব মতমদ হৈগু জগোই লীলা কলা কয়াদ পুক্রিং লুপ্তন স্বর্গগি মমু ঙাইডু মহাও তংব ফংই।

বা :— মতিক চাদবশিংন অহাংব মতম ফংলগ জুরারদ য়ুনপী কালি, লেশা কয়াদ ওক্কব থবক কয়াদ মশাবু ইতিংল

নবক পুরকনব হোংনৈ মতুংদ । মী মীদ পুরে !

নৈ :— ট্রেক্টর অমন লৌমী ৪৯ গি থবক হাংলি, টাটা গাড়ী অমন সনগ ডী ৫৯ বু, বেকার ওইহল্লি, রাইস মিলু অমল কৌশূ ললোনবী ৯৯৯ গি মবুক থলহন্নে। মসিবু চাউ-খংপ্রাও চাউখংপ্রাও মীয়ামগি ?

বা :— চাউথংলিব কাংবুদি কম্পানি অমদি মহাজনশিং থবক কংদব চরাহেনব মযুম অহোবদ লৈবন মী কথ লথা চেং—চেং ! থাজরে খিজরে মকুদ চাউখং নৈবোং মনুংদ তুমিংন বিক থন !

ফ :— লৌমী শিন্মী ৫০/১০০ পুল্লগ কো-ওপরেটিভ সোসাইটি শেম্মগ ট্রেক্টর, টাটা গাড়ী, চেং হকনব, থাও শুমব কোল লেইব য়াই।

ই :— মতু পাংনব লিংজেল মান্নব তায়, লৈত-লাইর লৈহন শুমসি চাউখংস হায়রবদি। তোঙান তোঙান তানব, তাথোক তাশিন তৌনসি য়াদব কাংবুনি চাউখং লম্বীদ নুংও জাও খিল্লিবদি।

বা :— অপংব ময়াম খোমলগা মরুপ লিংব, মরল মপাঙ্গল অপুম্বত্ত অশিংব চাউথংপ থরদ মনিং তম্ম শিঙ্গিন্নহনব; মদুম্ম তৌবদু মী থরগি দলান শাবকার তোংব য়াম্ম থুন ফই।

নৈ :— মী ললোনব কান্নৈ থাজব হাংপ নৈব মচিন খোংপ

মমাই কনব শিংদদি। তৌবদবু মখোয়দু ঙবোং খাউদ চং ঈশিংদ লুপকলি।

বা :— অরাইব মেছিন শিজিন্নব মতম য়াম্ন শংব লৈবাকত তশেংন চাউথংলে হায়গদবসি কেন্সর—১দি লাইনা মথল মথা, লাইথুং পকপ অঙাং মশিং মদূদগি চদা নাওদ মুংপ থম্ব।

হৈ :— চাউথংতন খাউথংপ শানিংব কাংবুশিংগি শেন্দোং লাইথুং পকপ অঙাং মশিং—মুংনব চারা।

বা :— শাব, শেম্ব হৈতব মেছীন অপংবসিংন শিজিন্নসন, কম্পানী ইন'ক থুন্নব।

হৈ :— টোর্চ লাইট ওটো রিক্সা, মরৈ অম বেরা তৌবদৈ হন-দোকতুন মাংহনবদ অশিংব লৈবাক কয়া লাইর তানগ্রে।

বা : — রারেমদ মাংশ্রিব মতমশিংসি তপ্পান ঙাকপিয়ু য়াগদ্রা? মেছীন শারগ শিজিন্নকসে চাউথংপ পাম্নবদি, চংসে।

হৈ :— পোথাবদ মতিক চাদ্রিব ঐখোয়দি থবক্ক পোথাব ওইসে। হিংবগি অর্থ থবক্কে, রারেম শুব নত্তে।

কুন্দালৈ: রাথল পোথিন হান্ন লেপ্লগ থবক থুং থাবন নিংথিন থবক পাংব ওন্মী, মাম ইবুংঙো কবি হায়বগে?

বা :— হায়য়ু শকহেনবী তারি।

কু :— ইপা ইচা চান্নব. রা তান্নব, পুন্ন থবক তৌমিন্নব ফত্তব নত্তে।

হৈ :— য়াম্বন চুম্মী ইন্দ্রোম্মচা।

কু :— মচান খর শোইখিব লানখিব মম। মপান খর ঙাকপিব খ্বাইন তৌনরিবনি, মপান শোংরবন্থু।

বা :— ইমান্নব ময়াম তিন্নবদৈ ঙসিদি থকউ র, ঙাউক্লরে শেলমু খর চাদিং তৌগ্রে। নহাগি মরাল অমুক অনিরক অতক্লমন্ন ঙাকপিব য়াই। অহু'দ নত্তুন মুপী ১৭ থিক্লরে নুপা ২৯ শুক্লরে, লৈবাক অম শেমগৎনব শেল মহীদ, মৈথুদ, মঙলানদ পাইবদ মা কনগ্রে—, অমুক্তগ ঙকপিয়ু চায়বসিবু করম্ব অ-লন য়াগদগে? নচা ওইরগ নঙ য়ানিংগদ্রাও মমা?

কু :— (খর নকশিন): চুম্বুদি চুপ্নৌ মখোয় মামন তাকপিরিবদো। অদুদ অঙাংশিংগে ইচা-দো মীতোপ নত্তব— (তৈবোলন মমীং উৎশিন্দুন খাই, অতুনদি মতু'দ ফগ নব চাউখৎনব নোয়ন শোংখিব হিসাব শিংত্থু ঙাকপিরগ চাগ্ন চিংন তিগ্নব ফত্রে ও?

বা :— মখোয়নী স তিন্নব মাব মী নত্তে; জ্ঞান তারব মীন তৌখিব অরানব থবক কৈদে দৈদ ঙকপিফদে। ঙেলদ লেক্লবন মখোয়গি মতিক চব প্রায়শ্চিৎনি। অপঙবং শিংন মচাবু ঙাকপি তাকপিহন মাংহল্লি, ঐদি অপঙব নত্তে। লাকও থেংগ্রে অগাং।

কু :— য়া অমুক্লদি ইংন ঙানখিসি মখোয় মাম। (খাম্বি) বাবাবু, য়াদন চৎখি মপানচা)

বা :— য়া মথা শাথব কান্নদ।

কু :— [ মণা পায়রুম কে-ন থাম ] ঙাইখো কায়বনি মামো। মপাগ মচাগশিবু স্লক কুইন লম্বী কাওনদন লৈব ফব হৌনদেয়ে। [ হৈরোল মনা মেঙ্গৈ ]

খা :— ইঞ্জিনিয়ার নংন লৈক'দ শারিব খোঙ অসি লানব য়াব ওইহনগে কায়রবদি অসোমগি লৈঙোই য়ুমভমশি শেমখো, সিমেন্ট কংক্রিট য়োংকী মখোঙ অচৌব অনী হৌরকখো, ঐ'সোমদি নং য়োং পুমহৈনে! ঐন হায়-রিবসি লাল্লব্রা ডোক্তর অম্বিকা ?

অ :— চুম্মি থুড়া ইবুংঙো, মখোঙ ফজুন খোঙ অশাংব শাব য়াদে

বা :— অঙাও-অফে লাইয়েংব ডে'ক্তর নংন ঙাওদব মীবু ঙাওং নব লাইয়েংগে লাকুন্। ঐবু ঙাওই হায়রিব নচেরা নম্বোল্লসে হান্ন ঙাওব্রা য়েংখো। মান ঙাওরম্ব খোক্ক-বদি মান ঙাওই হায়রিব ঐ ঙাওরমদব য়াই। শাওন্কো।

অ .— চুম্মি থুড়া ইবংঙো !

হৈ :— পৃথ্বীন উংবসিন মীংত তপ্পোন তান্নবসি য়াংন উপ্রে।

খা :— চংসি চেনখ্রসি তানব ফ'দনব । ( খো ল চেনখি )

ফ :— ঐখোয় বাবাসি হৈবোং মনুংগি তীন্নিনে, খিত্ত পাকং চাউন শান্ন য়েংব হৈঙব।

কু :— ঐগ চীক্ক অমুকুং বারী শ'রগ তেগনি—রান্।

ফ :— কাকাগি চিঠি মরে'লসিন রাদব য়াদবনে। [ চিঠি লৌরগ পায় মথন্তু ]

ই :— এরবুহুম অঙাওবীনি হায়রম্মিবহুনি নোক্লিংহৈবদি।

অ :— পাংকন কন্না চঙবা অহল্লদি নত্তে, লাইয়েংবা য়াগনি। মীওয়েং থেন্নবদগী য়ম্মিব বানি। মপা মচান পাম্মি-বসি শাব শেঙ্ব হৈব মেছান্দ শিজিন্নব, মীগী মপান তাদব, কাম্নদব পেত্ত পেল তিংহন্দে শক্ক চাউখৎপ মাঙদব, নমথক লোনম্ম চাউখৎপ পামদব, হকচাংগী নুংঙাইবদগী পুক্কং থম্মোইগিন লুব।

ই :— চাউখৎপগী লমজেল শুক য়াংনা তান্নরিব খেমসিদ থেঙ্গুদুম পুকচেল শোংনা ইংন চৎ লৈরবদি বৈদে'ত্তে পনথুংভম য়োগদে কিবনো চেংঙাও?

খ :— লংকরব নিংথমথা খইনাসক চুগদি ককা থোবক্লবদি লোংরেনে ইমানী হা!

উ :— কুইরুত্ত পাইব্বন বাবাবু য়াক্কনব তায়, নত্রগ চুম্মনগুম্মব মহাকপু মাংহনখিব। এসে য়াদ্দ দুব তায়!

ক :— মতম লৈরি, মিপাইবনবীনি। বারা শাশ য়াবিব মীবু য়াহৎব ডাব চনদ্রংদি এ কিংবগী কান্নদে।

ই :— থোকলিব বাস ভাব তাবিরে, করি পাইবন লংবুন আস থোকপিগদগে? কাকান লাক্লগ ঐখোয়গী খো দেসি উগ্রবাদি মতুদ হিংনব নাম্বা লৈররেহৈ। পায়খ মুহৈদা মা থ্রব শেল, পজ্জল, মতম — ইকান কান্নদবদ!

অ :— বাবাবু অঙাওব শেঙ্ব, মান হায়ব ইন্নিন্নহুন মাগী থবক খেরাদ মকে পীশিনরগ মরাল উংপ। চাউখৎত্রব

পুম্ব ক'কা লাক্লগ বাবাদ তায়নহন্নব লৌভুনব।

ই :— মসি ফরেনেকো ফন্নাংভৌ হিসাব পুম্ব অশেঙ্গ উংলব, বাবগি সহি শারগ ভৌশিল্লব, মহাক্কী থবক্ত ঐখোয় য়াওশিল্লব মরাল উংনব অশোইব অয়ানব পুম্ব বাবাদ ত য়নশিনব।

ফ :— মদোমদ হো নরসি, ব'বান মাগি মরাল নত্তে হায়রগ অ৩ওব তাহনব, ওইদব কয়া মঙোন্দ হ.যজিনব—

কু : ওইদব হায়জিনসি হ য়রবদি ঐগ চাইন্নে, শেল থুম পুম্ব। ঐভোন্দ খাদে কপাদ মাঙবনি হায়য়ু। ঐ মহুগি সাক্ষী ওইজগে।মরক অসিদ অহলহু চান্নন ড'ওহনগে ঐ। (ইন্দুগ মখুং চিংনৈ)

ই :— ঐখোয় হাল্লক্ষশে?

ফ :— (অম্বিকাগ খুং চিংনৈ) থেঙ্ক য়ু সো মচ!

(লোইশিনবগো লোইশল্লগ ইন্দু অমদি অম্বিকা মখুং শমনডুনা নোকপা চংখিবদি মতুং ইন্নাগ। যবাংজা ওঙ্গংগন্দা চং রোংসা তৌর। কুপালেন সেগুবন যন্মা)

কু :— অরেম্বদ বাখল মতুম চাদিং তৌনো, চাক লামনবনে।

ফ :— দিল্লীদগি তপ্তা লাক্লগ তৌরদোবহু খনবদ মখনে।

কু :— করিযত ন্নুশা থীম্ব ইমাতোন নৈ ইবুঙো।

ফ :— ঐখোয় বাবাহু ওক্রা ভামন্নে, করমন ফাদোরিবনো?

কু :— করিম্ব নৈত লোংউপ তাললগ নল্লগ ইম্ন ফাবিগে।

ফ :— ভম্মগ ফাও ওক্রা ভামন্দু ঐ শাগে।

(ভকা শারগ ষ্টেজদ কোহিন ইরোইদনা চংলি। কুন্দাৈলন মখি শেম্মগ লোংউপ তাম্লি থুং ছম্মি, মনাক্তগি ভক্রান থেংলম্মগ চেনখি, কোইন তাম্নি, মমৈদ কুন্দালৈন ইন্নফি অপাবন মুপাইন শারগ হুন্দুন ফায়, কোনথংলগ ভকথী চপতুন পুখি। নোক্লগ চংমিন্নখি।)

—o:(O):o—

## মরক—লেপ

# ভগ্না।

(মতাং অনী পানব লীলা)

অনীশুব মতাং।

থাকচিংগী অহিং ৯ পুং ১০ রোম শাবদনি, উন শাবন ফন হংলে। পা চিংথুম মনাক্ত লৈকোন্দনি মফমন। লালটেন অম থান মনাক্ত থাল্লি, পাইবা মপুন অকোনব মচা ১ উ অমদ মতোন অম পুক্লগা অহোম্বদ, হুই মচৈ চুমনব লাক্রবক্তম লাক্রিব বাবান। পাকান। শেনাইব অম শেংনা খুদিং থুদাপ লাওবী অচৌবগি মথক্কী শুইটর অমনব শেপাইব শমনম্মি। হন্ন হন্ন থাইরীদ তিংংাকই, থাংলাবপদ মথন্দ কোমিসনাপ। থর পাগ নিংথম্ব ফদুন কম্বল অমনবদ লৈবাক্ত লংথোবই শাভন উমনব লাক্রি হনব লাইদে!

দাউন স্টেজ লেফটা পাগান হুই মচৈ শিংথোরব থান লাক্রি। দাউন স্টেজ রাইট্টা টেবিল মচা অম, চৌকি ৩, বেঞ্চ ১, টুল অনিথক লৈ। তল, শাক, টৈক, কেটলি, গ্লাস, পদ্ম থব বেঞ্চ মথক্ত লৈ। চৌকি অমদি মনাক্ত লেপ্তুন পুন্নাইল হুই মচৈ চুম্বাগ কুইন্নদ থংথাইনা লেংই। কুপাইল চেমদ না হিপাং গাউন অপাব অচৌনব শেংলি লিংলি-মাক্ত থখ কো ... লিংনা। নিংথম্ব মতে দই।

বেক গ্রাউণ্ডত মখ্রাংশান বাপান চোরিং থবকক্ত পান থাবি, শুম্ব চানহল্লি।

বাবা :— হৈ-হা! হৈ হা! হৈ-হা! মতৌ ইন্নরা নং? ঐবু উ-শিন্নিরাও? নংনা ঐবু লাকচনা য়াগদ্রাও? হৈ-হা! হৈ-হা! হৈ হা! (তিংখোকই থদোকই লেংছিন অমুক হৈ)

কুন্দা:— হুই মমৈ; হুই মমৈ, হুই মমৈ,। (লাওবা হেক লোইবগা খুমই, অহুম য়েংদুনা হৈ) হুই মমৈ, হুই মমৈ; হুই মমৈ। বাবিদ্রবাও?

বা :— ব সগু হিংবাগ হৌনবনি।

কু :— হিংখোকউ য়াদ হুই মমৈবু চুমথোকপনা লক্রবগা করি কান্নরিবগে?

বা :— অমুক্ত চাক চায়, নংদা দ অমুক চায় হল্লাংলু. তেসিং হয়েংলু পাঙ্গদৌরি পেনবা লাইদ্রবা পুকপ্। হিংবগি হোৎ থবক। হৈ হা!

কু :— হুই মমৈ!   বা:— হৈ হা!

কু :— হুই মমৈ! নিংথম্নবা শিব তানেনে হুই মমৈ চুমদ, তম্মরোইদবা কান্দবা থবক্তা।

বা :— নংদি কান্নদবা থবকসি হই গ্রব অহিংসিন করিগি অরেম্বদ য়েংই। তরাং নহাললু কন তুম্মবনি অমুক তুম্মুরো —হকাম চন্দুন লেদৌ শরুক। হঙ্গিন হঙ্গিন অরেম্বদ কান্নদবা থবক হৌবব হিংব কৌই।

কু :— ঐদি অরেম্ব কান্নদবা তৌবা নত্তে. মামভাংবা জ্ঞান ভাংহন্নবা পুবচেল চুংথোক্লবা লাকনরিবনি।

বা :— অহুদি নংলু হুই মমৈ চুমথোকপা য়াওরেনে ঐংলু হুই —মমৈ!

কু :— হৈ-হা।

বা :— মদুক পেবা নত্তা, চুমথোক্কে য়াদে।

কু :— ঙাসি ভাদব অহল, ভামব য়াদে।

বা :— ঙাসি ভাত্রিবসিবু অহল্লা নহারা. হূই মমৈ ?

কু :— অহলন হায়নহানি, নহান হায়রবি অহল! নোকফেং তৌই)

বা :— নোংকপ্প নহৈ হূই মমৈ, নখোয়বু নহান মখৈ নাক্লিব-
বালগ কপতুম কপথোকউ—পেন্নব—লতুংদা অমুক কপ্প
য়াদনবা হন্ন হন্ন নোকপ অমুক লেপ্পগ কপ্প, লোইন
কপথোকপন্দু য়াদব হন্ন হন্ন অমুক নোকপ। হিংব হায়-
রবু অরেম্ব কাংদব থবক হন্ন হন্ন তৌব, হূই মমৈ—!
[ চি থোকই ]

কু :— কাংদব থবক হৈ—হা ?

বা :— কাংদ হায়রবু কর্মযোগ! হি বগি থবক, থবক্কু হিংবে!
শিব পামদে, হূই মমৈ—হৈ হা!

(নিংগাংন ফম্মগা হাপল তেই. কুনাইলন অচা-অথক থংনপা, থাংমোয়নাইখ্রবা লাক্লকোম তে।

শিবা! সনাইরে নংবু মীনাদি শিংথ্রে শিংথ্রে—হায়নবগাল্ল শিন্দু শিদন ঐঙোন্দাদি, নংবু ঐদি হনাক্ক জুম লৈন উই।

কু :— নমাক্ক লৈরিব ঐদি সনাইরে নত্তে, লুপা মানব কুন্দাংগ সনাগি মহুৎনে। লৈখিদ্রে হৈনেম সি সনাইরেদি।

বা :— সনাগি মহুৎ লুপ ন শিনব চংনদে, য়াইন্তন শিংগ শিল্লু। ( করিনো থর চায় নিংথম নিংথম )

কু :— য় ঙংদি মপান শাংদে মহৈ য়ান্দে। ( চ ৈশংগ পী )

বা :— মপান শাংলগ মহৈ য়াল্লকপ নংগি মরূপ ফরাংজী, ঘড়ি চন্দ্র, অম্বিকা ডোক্তরগি মরূপ ইন্দুবালা, থানব য়াদবী টোর্চলাইট। কুরি কান্নে চুই মমৈ ঙাক্ত, নিংথম খাগি অহিংদ ঐবু চুমাং তাইনবাদ কাম্নব্রা—,শাওন) চুই মমৈ! [ হৌগৎলগ মীচু অমুক চুমথোকউই ]

কু :— ( চা পায়ন পায়ন ) ঐ হা!

বা :— ( চা লৌরগ ) ঐন শিন্নগ চন্দ্রব ঘড়িন ঐন হিংলম্বগি পুক্তা থিব কন্নগদ্রা? ঙান্নু য়ান্দ্রব টোর্চলাইটন ঐন হিংলিৎদ চংলম্ব লম্বীচু তাকপ কান্নগদ্রা অমত্তদা? মহৈ য়ান্নব মপান শাংপ চুই মমৈ! [ চা চকই ]

কু :— লুপারৈন শেম্ব চাত্তবু ঈংলব্রা?

বা :— ঐদা দু চা পীথকইব কারিগীনো?

কু :— ইনেমস লৈখিদবদগি মামঙাংনে কঙাউনবচু থর ফমব নজাইবংগো ফরাংজীনঐবু নর্জ ওইয়ু — ফমশেননো থারকপনি। ঙাউব ফরসে।

বা :— ঐবু ঙাউব বরে! নংদি ঙাউদেকো?

কু :— ঐদি ঙাউদে।

বা :— করম্ব খওঙি? নংনি ঙাউরিবদি, ঐদি ঙাউদে!

কু :— ঐ ঙাউদে; ফরাংজী ঙাউদে, ইন্দু ঙাংদে, অম্বিকা ঙাউদে; ঐখোয়দি ঙান ঙানৈ পুকচেল তিনবৈ।

বা : ঐগস্থ জ্ঞা'ন তানসি, পুকচেল তিন্নসি হায়রবদি নখোয়
ঐদেন ঙ'উয়ো, হৈরোলদৌন ঙাউরো।

কু :— এখোয়দি ঙ উ'াংদে, মামতাংস্থু ঙ উরমুসে।

বা :— ঐদি ঙাউদে, ঐবু ঙাউদে হায়ব থঙপে হায়রবদি মখোয়
য় নি'ত্রবস্থ ন' ঙ'উরকগনে।

কু :— ঙাউবদি য়'দে, লাইয়েব লাকপনি।

বা :— ঐদি ঙাউদব য়াদবনি, নখোয় ময় স্থু তাংহন্নব! নং
চংলো তুম্‌্রো। ঐদি ঙাউদব হুই মশৈং চুমখোকপ
তারি।

কু :— এদি চংলোই, ঙাউব লাইয়েংদৌরি।

বা :— [ কৌগ'লগ ] হুই মৈম! [ চুমথোকউই ]

কু :— ঔ—হ!

বা :— হুই মৈম!

কু :— ঔ—হা!

বা :— হুই—মৈম!

কু : — ঔ—হা!

বা :— ঙাউরো শিংও হায়বদি য়ানিংত্রগ অংক ইংবাসিদ তন্ত্রাও?

কু :— তনব য়াদবনি তপ্রান তাম্নকপনে। নোংমদ অনিরক
হুই মৈম চ'দব য়'দব।

বা :— ঙ'াং ঙসি, হয়ে; থরাং, ঙসি, হয়েং; হুই মৈম!

কু :— ঔ—হা!

বা :— ঙরাং, ঙসি, হয়েং হংচিং, হুই মৈম!

কু :— ঔ—হা! অয়ুক অমুক, হুংদাং অমুক হুই মৈম!

বা :— হৈ হা! ঙরাং নহান, ঙসি হয়েং, হংচিং মশেম ;লেগ্ন

নাইদে হাকুম কুমশি নোংমৈ ; তিংউ য়াদে দুই মমৈ
তৎপ নাইদে তপ্তা !

কু — নোংঙানবগ খৌনাও কং,
কদায় চা কাফি,
তল বোরা বিস্কুট ?
সুমিং য়ুংগ্রি চাক অমুক
শা ঙা মনা মশিং মরুম
ঘীং মাখন্ মখেল মখেল !
সুমিং তাবগ খৈদেন দোকান
করি চানি করি লেনি ?
চাব ভুমুব করি থক্কি ?
সুদাং ওইরে চাক অমুক,
নোং ঙানবগ তপ্তা সুংখিল ওইরে তপ্তা
নুংদাং ওইরে তপ্তা !

(খোংগ্রাও শেগাইব, ফুবিং মুইটর অমনবন ভগ্রকোট শেগাইং নপ্স, মোনাক কেপ চপ্প —হেরোল, মপা কোদ্বুন লাকই ফিং চোং থানব যাদব অমনে খাং চঙব অমনে পুরকই মগুং না নামদ ।)

হৈ :— বাজী বাজী ! ও: বাজী !

বা :— কনানো ? ইচা অশেংত্রাও — ঐঙোম্দ বাজী কৌবদি

হৈ ;— নচা অশেংব হৈরোল ! ( টুপী লৌথোকই ) [ চংশিল্ল কৌন্নৈ ] ইচে ইতৈমা, ইন্দোন কুন্দা নস্তে ওণ্ডাই নংবু তাচান পরপ পরপ চেল্লকউ হায়বনি ।

কু :— করিগিনি হায়বগে থা শুদবা ?

হৈ :— এন পাউ নুংঙাইব অমা পীরম্ন, কাকা দিলবহার ঙসি থুংলব য়াই হায়দুন।

কু :— কদায়দগি পাউ ?

হৈ :— অতিয়াদৈ পাউ অয়াঙবনি। অরুম নিকহৌরবনে চৎলো।

কু :— নংগি পাউহু কয়াদি থাজদে।

হৈ :— পাউহু থাজদ্রবস্তু, অরুম্ন নিকহৌরে হায়বদি থাজ্জৌ।

কু :— করিগি থাজদৌরিবা ?

হৈ :— উন্দা থাগি অহিনে, মোজাফুরিৎ।

কু :— কক রাইখু থা শুদবসিদি! (চংখি)

বা :— করি হায়নিংবা নিপাশচা ?

হৈ :— মসি ইচেন হুন্দোকলম্ন টোর্চলাইটনি, কনেক্সন্দ বেরা থিজ্ঞ ভৌবদগি লোইনমক মাংলব। মসি শেন্মগ য়োনব কান্নব কারবার অমনি। মসিগুম্ন কারবার্সি যাম্ন লৈক্সে।

বা :— অমস্ত মচেৎ থর ঙাল্লন্নব থুংলাই অম, মম্ন পামদবশিংদ —অয়ুক নুংথিলদ ঙাক্লগ নংদোংদ অমুক মম্নহু নুংঙাইত্রিব কারিগিনো ? টোর্চলাইট অশোইব শেংদৌ শক্লক মীগি অমম্ন কিবলাইনাহু চুমথোকপন কেন্ন কৈ। অমুক মম্ন অমুক ঙানব মহৌশাগি য়াংলসিদ হৈংব কৈ। কান্নদে মবুক শেংদবগি থুংলাইহু।

হৈ :— (মখুদাংদৈ ঘড়ি লৌথোক্লগ ) মসিন ঙাচাগি ঘড়ি চৎত্রব, স্প্রিং মচা অম তংপদৈ শক্লক অতৈসি অরেম্নদ

তৌরব। মসি শেম্মগ শিজিন্নব ঘড়ি শেম্নহৌম তমশিন্ন ?

বা :— ঘড়িগি মতম চংনদব লৈবাকসিদ ঘড়ি য়োনব, ঘড়ি শেম্ন করি কান্নবগে ? ঘড়ি পাম্মগ নখুদাংদ য়েকহল্লো ফজন। সহরসিদ ঘড়ি কয়া লৈ ? পুং খুদিংগি সাইরেন খোংহল্লগ ঘড়ি ময়ামম্থু কম্পানিদ হন্দোকখিব কৈ।

হৈ :— ঐখোয়বু মীরৈবাক্তু শাব বিজ্ঞানগি পোংশিংগু অমত্তু শিজিন্নরোইদ্রাও ? ঐখোয়ন শাজব হৈরব কারখানা লৈরব পোংশিংগু শিজিন্নব মতিক চারে। অদু নত্তব অতেদি ঐখোয় সুকসিন শিজিন্নরোইদ্রা ?

বা :— মচুংদে তাংব পোংতি মশিং হন্থন শিজিন্নব তায়: ঘড়ি থৰদং সহরদ, অম থম্মগ সাইরেন পুংজা খুদিংগি খোংব, তারোইদব মফমদ অরেম্বদু থমাখনি। মায়াম্ন কান্ননব শিজিন্নব য়াব গাড়ী অচৌব খর থম্নি, অতৈদি সনগাড়ীন পোং হোন্ননি। শেংপ চাব ফিরোল হবক অমাদ মফমগ জুং চান, থকপ চাবদম্থু মতিক চান্নবশিংন মনীং তম্ব য়াদে।

হৈ :— মনীংতম্ব য়াদব মতিক চাদবন শেংপ ইনব, চাব থকপদ ?

বা :— মতিক চাব চাংদে হেন্ন মনীং তম্বদগি মীদি লাইরে, চাউথংতে, লমহেল্লি, কান্নদব মীতৌ তমগল্লি। খ্বাইদে অরুবদি কান্নব মহৈ তম্বিব, লমচং শেমগংপনি; দলান কার রেডিও টেলিফোন মশিংনে মীবু চাউথংহল্লে।

লমচং যজব, মহৈ হৈব মহৈবাক নাংব মী মশীঙন লৈবাক্কুগি চাউখং খল হেক্সংহল্লি।

হৈ :— কাং, কাকথৈ তৌনফান ওনব মীশিংদি? উদ তাংলগ উত্তাংবী, মীদ তাংলগ মীতাংবীদি?

বা :— তুইহৈশিংদো? চুংথোকপ য়াবশিন চুমথোক্লে, য়াদবশিংন তাক্লে কলে। (য়াইরী তিংথোকই) তুই মহৈ!

হৈ :— কয়ুম য়ানব! বা :— তুই মহৈ!

হৈ :— খোদাংকোক। ঐ অমুক তি থোক্লে, বাজা অমুক পোংখাবিয়ু! ফনবু তিংলরিনিদা। অুক কয় হোংনরিববু তি থোক্লব মতিকলা। হে—হায়য়ো!

বা :— হৈ—হা! (কওক্র থক্লব লাক্লে)

হৈ :— চেচে—তাচা। বা :— তুই—মহৈ।

হৈ :— নদুক শেংলো। বা :— হৈ—হ।।

হৈ :— নতাং তে কলো। বা :— ঐ হা!

হৈ :— মথোয়গ ঐথোয়গ থোনরিব বুকক্ষেত্রগি লান অসি ঐখোয়ন লাকচরনি, থাঙ্গরোই।

বা :— করয়া?

হৈ :— ঐন ওসি রোকেট অম কাপশিললক্সে ঐথোয় তাচাদা।

বা :— রোকেট হায়বদে?

হৈ :— দিল্লীদৈ কাকা থোরকলনি ওসি খঙদে, হয়েং খঙদে কুইররোই হায়ব—

বা :— কমদোহোই?

ৰৈহ: — হুরানবন কোয়েং অঙাংব লাকলে হায়বদ পাখংপগুম্ব জাংনি। তুমগে তৌরম্বদগি ফমুংদ ফম্মগ অকুম শিকংহৌরে। নমথাক তৌনব শম্ব হিসাবশিংহু লোইব ঙমদন ঙৈরি,—পাক য়েংগে হায়রবদ মখোয় রাম্হুনি। লাখ কয়া চংগ্রব লবাক্তি থবক খুদম ঙৈতে উংনব, থোঙ কয়া শংগ্রে হায়ব উংনব মফম ঙৈতে, ঙৈখিব হিদাক্চা লুপা ক্রোঢ়দ ভোচর ঙৈতব উংনব, লিংখৎখিব কারখানা ডাক্তরখানা, শিক্ষমশং লোইশং হিসাব ঙৈতে, সাক্ষী প্রমান অমত্তু ঙৈতে। মখোয় শনবক লোইরনি বাজীদ হায়জব নওন মখোয় উপায় ঙৈতে। য়াবরুমুকো মরম চাদনা?

বা :— হুই মমৈ মখোয়ন লাকচব য়ারোই।

ৰৈহ : বাজী পোংথাবিকরে, থেংলে অহিংসে।

বা :— হুই মমৈসি তিংঙুন শুন তুম্বা শায়। ঐগি লাইনীং হায়ববু অসিনি।

ৰৈহ :— থবক লেপ্পগি বাজীদ কনান য়েংশিনগে?

বা :— কনান থঙনি, নমান লাইরৈবাক্কগি উবম্ব য়াই।

ৰৈহ :— ঈমান উব থোকলবত্রু বাজীব পোংথাদে হায়রোইদ্রাও?

বা :— মহুক্ত চুম্মি, চহিনদি য়ম্মবনিন অরেম্বদ তুম ঙৈথোকদব কিরব, থবক পাংহৌরোইদ্রা হুংশা থীবনা। ভপ্পা লাপ্পা ঙৈতে। অহবু ঙহাক পোংথাক্ত যদি য়াই।

ৰৈহ :— হয়েং কম্না শূব ঙম্মবনি, পোম্থাবিয়ো! থাংমৈসি মুথ লসিরা?

বা :— অহুম থনম্মু থর লৈথরগ, মিকপ থোকপদ হুই মমৈহু নিংশিংলকপ য়াই, হৌগৎলগ থবক পায়ব শম্বব। হুই মমৈ — হৈ-হা !

[ থাংমৈ লৈথরগ মপা মচা চংমিন্নখি ]

পাযজামা, খুদাংলাওবী মথক্ক স্যুইটর লিংপ, কম্বল ইনব ফবাংজী তুম্বদৈ হৌগং যোন মরী অশাংব পাযতুন থোরকই কৌং ক্রৌং থর খিংকনগা )

ফ :— হেল্লো ! নংবু কনানো নকায় ? চৌকিদ ররনে ? বাবুহু হৌদোকউ, তাদ্রগ মনাতোন দাক মেনসিল্লু, তুম্মু য়াত্রা য়েংউ। —কায়, রান ও, দবল টু সিক্স পীয়ু। —ঐ ফরাংজীনি, কনাগুম্ব নং, চেচে হৌদোকউ, অম্বিকা তৌদোকউ, পরপ পরপ লাও হায়য়ু সিদ। অতগ মখোয়ন শুনি হায়তুন পুখিব ফাইল অনীতুম্ব পুরকউ হুজিকনক। করি ঈব হায়বদে তপ্তু লাকনি হায়ব তারে, নিংথম থা গি উন্ন তপ্তু'দগি কেম্ম লুবুঁাও ?

[ কোন থম্মগ তঙ্গং হল্লা জ্ঞান মাংদুন চংলি ]

ইস করম্মো মাংলেদনা ! তসি হয়েংবু থক লাকলবদি তোকলেনে, রাজবেশ হোংলগ ভিক্ষা ঝুলি পায়দুন চংপ ! হায় কুম্মালৈ, করি মুংঙ্গাইদুন ভুম্মিবনো হৌগংলো ?

কু :— [ শাল্ল অম ইন পরপ পরপ লাক ] তুম্ব নত্তে, থাগৎলিবনে ! নিংথমত্রাও ?

ক :— কাকা লাক্লবদি মাংলেদন হায়বগি নিকখিবন হকচাংসি ঐদি নিংথম্বব, শংগ্রেনে। ( থক থক নিকই )

কু :— কনাদৈ পাউনি হায়বগে হৈরোলনবো ?

ক :— টেলিগ্রা'ম ওইরম তায়।

কু :— তাংদা'বদি থঙজিবনিদা, হান্না পাখংপিনে', ইংথবিয়ে।

ক :— ঋাকচীংগী নোংঙাল্লমদাইদ করিগি ইংথবনো। পাখত্তব য়াদবনে, থবক্তা ইহিং হি'তুন লৈরবনিন।

কু :— ইন্দুগ অম্বিকাগন য়ুমদ শ্নুনি হায়দুন পুখিব ফাইল শি দুদি ?

ক :— পুরকলনি, হৌজিক্ত পাউ তাকগ্রে। [ ফরা জীন লখদ ফমজিজি, কুন্দাৈলন চৌকি অমদ ফস্পি ]।

কু :— করিমত শুংশা থৗবিনু শুমদুন থাগ্রগ লোইরে।

ক :— নচৌদ্দ ফৈ ইবেম্ম নং অম। ঐখোয় বাবাবু জ্ঞান খর তারবাও ?

কু :— ফন য়'ম্ম ফরে, নখোয় ইমাশিহ্ শিজ্রি হায়য়ে। ঐন শিরে হায়রুরে, থাজদে কয়া, মমাৈত উই, মনাক্ত লৈ, বা ঙাংবম্নু তায় হায়।

ক :— ভুরেল মণান্দ ঈশিং নমথায়দনব থোনখিব লুপা ক্রোড় শিংহুদি ঈচাউন পুথগ্রে হায়রগ য়াইদো। কৈবুল লমজাউ মনাক্ত শাব বাঙ্গলা মখোন মরী লোংবদ চং খিব লুপা লাখ ময়ামহু য়ুহারাবদ নীংথায়গ্রে হায়ব য়ারেইরাও ?

কু :– নিংথৌ ইফমতু য়েংগে হায়রকক্লবদি চেক নুং মতেক খর য়াওব তাদবহুদ ? ভুবেন ঈচেন অকনবগি মথক্ত থোঙ শায় হায়রগ—ঈশিংন চেঙ্কক্রে হায়বন খর কৈ।

ফ :– ঐ খঙব্রে, ঐ খঙব্রে — ভাব তাদে।

কু :— নুমিৎ নিনাউম্মী লৈরম্বজাৎতি হিসাব য়েংব শ হল্লোইদা।

ক :— করম্মা কুম্দালে ?

কু : জগোই ইশৈ লীলা নুংদদ, অয়ুক নুংথিলদ কাংজে মুক্কা লমজেল, কুৈম্ম ময়াম য়েংহল্লগ মমীৎ হান্ন খরগ উদবত্থ তাংলগ মরাইন চৎচখিনি। চাক পংকোদ কৌরগ লোইরে, চগেম উণ্ডী .স ইবুম ইবোনব, হরাই-জার চগেমপোম্ব, কৈবীমনা শিংজু, থাংজীং—
[ ফরাংজী থক থক চিংচুন উইক্রে ] মথবাই রামন্দুন উইক্রে নহায় ! ( টেলিফোন পাইরগ ) হেললো ! ইলেক্ট্রিসিটিগি নম্বরত্থ —অ, দবল থান ফাইভ সিক্স পীয়ু। বিৰ্জুলী য়ংত্রব কৈদোরে ? হা ? ভরাংদ নোং-নুংশি সু তোদন, নহিঙ্কীন। করি ? করি ইঞ্জিন য়ংত্রে ? নখোয়না ইঞ্জিন শিজিনবসি করিগীনো ভুহাক লৈতন থেরে তৌরিব ? য়োংলা শঙমলা নখোয়বো ?

ক :— ( খংহুন হৌগৎ ) কদায়দৈ য়োং শঙম্মো ?

কু :— ইলেকট্রিসিটিগি মীশিংদ হৈমন্দে হায়রুন চৈবনি।

ফ :— বাবানা ঐখোয়বু মতিক চাদ্রি— য়োংন নেকটাই হাপ্পনি

চাউখৎপ লৈবাক্কি মতৌ বাক বাক তম্লিংগনু হায়বহু চুমদি চুম্বজাংনি।

কু :— নোংজানদোৌবসি খর রাংলি, থা মৈ অঙানব অম থাঙ্গৎসিরা ?

( কনাগুম্ব ফাইল অচোব ২ পাযরগা লাকই মেজ টেবিল শেমজিল্লে)

ক :— থাংমৈ অঙানব অমত্তু থাললকউ লায়, বিজুলী য়াদ্রে ! হায়য়ে। চেচে হৌদোকলম্মব্রা ?

কন :— লেংঙকহৌরে।

কু :— অম্বিকাদি হৌদোকলক্ত্রাও ?

কনাঃ— লাক্লনি হৌদোকচরম্মে। থাংমৈ লৌজকখিগে। ( চৎপ্রগ থাংমৈ থাজ্জুই।

কু ঃ— মী ১০০/২০০ খোম্মগ সত্যাগ্রহ আন্দোলোন ১ লিংখৎহনসিরা ?

ক :— কৈদৌনবা ?

কু :— হিসাব য়েংব শংদনব কাকান।

ক :— করম্না ?

কু :— শোক্তি পোকহন্দন প্রজা ময়ামগ সিপাহিশিংগ খর থেংনহনসিরাও ?

ক :— করিগি ?

কু :— আন্দলোলন মচা অম লিংখৎপ, অদু ওইরবদি কাকাদু কুইন লৈনিংঙোই পরপ পরপ হনখিগে হায়নি —হিসাব য়েবদি হায়রুম্নু।

ফ :— কদাইদৈ মী খোম্মুনি ?

[ কনাগুম্বন থাংমৈ অঙানব অম পুরকই ]

কু :— 'হায় কনাগুম্ব, নং মীচম প্রজা ২০০/৩০০ দং খোম্ব ওমগন্দ্রাও ?

কনা:— করম্ব মীখলপি ওইরবনো ? লুপা কয়া কয়া মীকোক্ত পীগদগে ?

কু :— মীখলপি নত্তে, আন্দলোলন য়াওনবনি. চৈস্তু চ.দৌব নত্তে নোংমৈমস্ত্র কাপকদব নত্তে।

কনা:— মতুন হাজির মীকোক্ত লুপা কয়া কয়া পীখিদোবা ?

কু :— লুপা ৩/৪. ৩/৪ পীরগ লোইরেদন কৈনো ?

কনা: — য়ারোই, চেং ভাংবসিদ মীস, য়ায় ভাংলে। আন্দোলন্নি হায়বদুদ মী অয়াম্ব কিনরনি। পুপা ১০/১০ গা ওইরবদি মী ১০০/২০০ ফংগদ্রা।

কু :— চরে, পুপা ১০/১০ কনান পীবিদগে, শ্রাদ্ধদ ষষ্ঠী পুজাদ সিকি মখায়দ ফংব ভাবুকশিংদুদ। ঐ হেক্তা থিংক্কে।

( চংখি )

( মৈথু ১ পাগ, অম্বিকা অমদি ইন্দুবালা ফমুংদ তুম্বদাগি ফিজাও ইন— তন্ন লাকই মমীং নোই। )

ই :— কৈদৌরবগে করিম্নিনো ফরাংজী নংন কৌরিববো নোংওংঅমদাই উন মরক্সিদ ?

ফ :— মিটিং তোসি হায়হুন কৌরিবনে, ঐখোয় কাকাদু ওসি নোংমে নিনীসিগি মঙ্গুংদ খোরকপ য়.ই হায়নে।

ই :— অওইত্রাও ? কনাদে পাওনো—তানিংদেদা।

ফ :— ঐখোয়গি হৈরোলন পুরক প পাউনি। টেলিগ্রাম লাকই হায়ত্রা। ঐ পাখক্তুন হেক্ক হিসাব লোইশিনাসি হায়ত্তুন কৌরিবনি।

ই :— মহাকপু হুজিক কদায়দ লৈবগে ? হৈরোলবো ?

ফ :— তুম্লমনিয়ে।

ই :— হৈরোল, নিপামচা হৈরোল। ( কৌ কৌ চংখি )

অ :— কমদৌনি ? ঙসি হয়েং কোং ফাওরকলবদি ঐখোয়গি হিসাবসি উৎপ ঙম্মি থাজদে।

ফ :— কব্রি উপায় লৈ ? উৎপ ঙমদ্রবদি ঐখোয় শাইরে। শেনভম মশাশূবসি পীরনি থাজদ্রে

অ :— অঙম্মমখৈ শূত্নদি য়েংব হায়বত্নি।

ফ :— ঙম্লব ঙদব য়াদে অম্বিকা।

অ :— ফরেনে, ঙমনব ঙসি হায়রবদি ফাইল অমমম পায়নরসে লাকও।

(অনিমক যাইল অমমম পায়রগ হিসাব চেক তৌই, মরক মরক্ত চংশিনত্নন হংনৈ। ঙান মান্নৈ, হঙ্গং হন্দা চৎলগ হিসাবত অমুক পুক্লিং লুপ্পৈ, মৈ অমুক মথুংন য়াই, উইত্নন অতুক লৈখোকই। কনাগুম্বন লৈবাক্ত যম উইব্রি থক থক চিং মতম হেন্দোকথ্রব য়ামথ্রব চেগি থবক, ঈংলব অহিংদ চোকথরব মীশিংন অকিব অম কোক্লব দগ্তি ওইন শুবগি মতৌ উংলি। মরক মরক্ত কনাঙম্বদ চৈহংলি উইবগি। )

ফ :— স্নুবাইদ উইরগু কনাগুম্ব, উইব হায়বসি লৌনগনব লাইনা অমনি।

[ কনাগুম্বন তুম্মিংদনব হঙ্গং হন্দা চংলি ]

অ :— মীং থকই, ঐগি ইমাংদ হঙ্গং হন্দা চংকনু।

ফ :— ঐন সহি তৌব চে শিংসি মথং মথং অমুক্ত হায়দোকও কনাগুম্বা [ হায়দোকলৈ ] ( সহি ৩/৪ তৌরগ করাংজী উইক্লে। )

কনা:— থরাই রামন্দুন উইক্লে ঐখোয় সাহেবসি।

ফ :— ঐগি থরাইচু নত্তক চুহক্ত রাওনহে, নংগি মউইচু ঐ চোহাক্ত রাইগে। ( নাখোকখি ) [ কনাগুম্বন চিন্তাদ কম্মগ মাপু উইখি ]

অ :— ( ফিনশিল্লি অম, মরী, তরেৎ. ১০, ১৫, মঙা অহুম ১৫. ৬ অনী ১৪, ৯ গা ৮ গা ৯৮। তরেৎত তরুক হাপচিল্লবদি ৪২, ৪২ দু মী অনীদ য়েগ্গোক্লবদি ৮৪। তাং ১৫ দগি তাং ৩৫ ফাওবদি নুমিং কয়ানি শুরে ? নুমিং ১০ নীদনি। নোংমদ ক্লুপা ৪/৪, ৪৪ পীরবদি নুমিং ১০ নীদ চামরী নিফুমরী তারে।

( উইখ্রে—থক থক চিং, মখোগ অতম্বক নাখোকখ্রে, তুম্মিং লিব হৈবোল পুম্নগ ইন্দুবালা লাকই। )

ই :— ওসিমক লাক্লনি হায়বদি নত্তেনে হা ?

হৈ :— নত্তে, নোংম নিনীসিদ থোরকপ য়াই হায়বদনি।

ই :— নোংম নিনীচু ৫।৮ নী ওইবন্দু য়ারিপোংনিনে ? থে রকপ

য়াই হায়রিবগু থোরক্কবসু য়ারিপোংননিনে— হা হৈতোন

হৈ :— চুম্মী ইয়া য়াই।

ই :— নংজিসিবু ঐহোয়দ লক্করিবজাংলা !

হৈ :— লক্করিবনি হায়গেরা নুংশিত্থন তাকপনি হায়গেরা অপাইগু লৌবিয়ু। ঐদি তাকপ হৌনমানে কনা নত্তে হায়-বগি তাকপনি চেচে।

ই :— ঙাইখো নং ফমখো ব ঙাংনশিসি।

হৈ : ঐবুসু উইব য়াও হায়ব্রা ? (চৌকি ১ দা ফম্মী )

(ইন্দুন অম্বিকাগ মচিন্দ চুরুট অম ইল্লগ মৈথেং পেংপ—চমথি। ফরাংজাদ মিঠাই মকু লৌথোকপিরগ মাচন্দ ইনবদ —ত্থন লেকপ উই।

ই :— হৈতোন নং হয়েংবাই বাজী লৈখিত্রগ ঐখোয়গি য়াঙন চাউথংপ পাম্ব (য়াঙ চাউ-পাম গি কংবুদ য়াওরদৌরি-বনি; নত্তে, চাউথংপ পাম্বন মপাং য়ামগ্রে হায়বনি। নংগু নমীং লাওন পাংলগ য়েংউ অঙাং নত্রে নং, ঐখোয়দন নুংশিত্থন অকোনবনি অঙাংনি হায়বৈ হৈতোন হৈরোল, ককর ইথু, লোংখজিং কৌবনি নুংশিদুনা। মংমসি মতম অম ওইরবনে : য়োং খোংগ্রাও অচোনব শেং, ওয়েস্ট কোট লি, ফেল্ট হেট উপ, নেকটাই পুন - টেলিফোন্দ "হেল্লো; হেল্লো" —টেলিভিজন্দ কুম্মৈ য়েং; ফাক ফাক নোক রাইচং কার অম ক্যোং চং মীয়াম থিনবদ থোক কুমথ, নাকন্দ য়ালনিব কেমেরাদ

থোক লৈথোক, বোয়ন ঙহাক য়েংলগ তেং তেং নমষ্টুনকা তৌনরবনে

ক :— য়োংদ নত্তে, শঙম হঙ্গুবী ফাওব মনাদ চগো য়াল, মঙক চারাক পরেং শি. স্কর্ট কপ্লাপ উংপী অম শেং, নাইলোন ইন্নফিন মকোক খুম, গোগলসন মমাই হায়-রপ লোং, ওফেলিয়া বেগ অম মখুংন পায়, থেক থেক য়াঙন চংনরবনে চাউখংপ থোংখিনি হায়ত্তুন। হেক তপহৌরিবসি নংগ এখোয় বাবাগ নবানীদ ঙায়রে পৃথিবীসিদ— মত্তু খঙঙ্— মত্তু খঙঙ্।

কনা :— ইবুংঙো, থাজদব তৌন্নু য়াঙ-চাউ পাম হায়ব কাংবুসি পুয়াদ য়াওব পার্টিনি। পুয়াগি মরোল "লশিঙ মোইথাপ লুপখিনি, থৌত্তু নুংন তাউরনি" হায়বত্তু হুজিক চুম্মিব-সিনি। কালেন্দাদ চে পাদ্রিং শেংনরে লিংনরে, নিংথমথাদন শত্তুগি ফুরিং, খোঙ্গাও, ইন্নফি চাক্ক; মোইথাপ মাঙখ্রবনে। থৌদ নুং তাউনি হায়বদন লঙ্কাং কয়াদ শীঙ্গংশঙ শানব যাত্রা নুং হুনখিবাশংঙনি! মখোয়ত্তু শঙ শাগংলকলবদি নুং হৌরে চেক হৌরে হায়গদবনি, শারোইদবদ ল থোকুন থগ শঙ্কদ নুং তাউব হায়ববনি। য়াঙ - চাউ - পামগি থৌরাংসি থাজৌ— সনা, পুরান্দ য়াওবনি।

হৈ :— তাদ হুংফেং, থোইদ্রিং থোইদ্রাংসু এহোন্দ পাউত ক পীব য়াওরব্রাও? খঙবিয়ু: ঐদি শোইদন চ.উখংপ

পাম্ব কাংবুদ য়'ওব মীনি, শোই-চাউ পামদ মী পুম্ন-মক মমিং চললখিনি। বাজী থুপগ্রবম্ব চেচে তাচা, খুড়া মাম ইনে ইম্মোল পুম্নমক য়াওরনি। থম্নুং মোংলগ মপান্দ মকুদ নানব চাউখংপন তুং কোইব য়াদে! ডাকু কাংবু কার তোংব, দলালদ লৈব, খুংলাই পায়বন ডাকপ লৈ। দলাল কার ফজবগিদমক মথোয়দ্ চাউ-খংলে হায়ব য়াত্রা?

ই :— লুজিক মরৈ য়েংনব মতম নত্তে। পটি পাম্ব পামদব থস্মো। পোকমিন্নবনি, থর তেংবাংনসি। নংন্তু ঐথোয়দ হায়জব কাল লাক্কনি!

ৈহ :— অহবুদি হায়নদবদিকো, নত্তে, পার্টি তিন্নত্রবম্ব পোক মিন্নবনিন হায়ব!

ৈহ :— হন্নক কাকা থোরক্কনি হায়রিবসি ঙসি হয়েং থঙত্রবনিন্দ খুয়োনমললে হিসাব ফজন শেংন উংপ ঙস্মোইদোরে, ব জীন কেন্ন আউদিং তৌগে অশোইব অরানব'থিগং-লগ অচুম্ব তাকলক্কে থর হায়হললো—কুম সগি শেনকম কায়দন ফংনব।

কৈ :— থঙদেনে, মহুবু বাজীন য়ারক্কত্র।! চেচেথোয়গি ফজরব থাজ মানব হিসাবতু বাজীব্ লৈচিন মপাক ওইন থন-জিলহন্নিংবগি ব্রানীনে?

ক্ষ :— য়ানি, নংন মতু বাজীব্ থেম্মগ পাংহনব ঙম্মবদি দোকান প্লোট কয়া লৌ পরী কয়া নংগি নামাদ—।

ই :— মহূ রান খোক্কনি হায়রগা বাজীবু নোংম-নিনীদং অ-ঙাওব শাহল্লো, মীয়োল তাদব রা ঙাংহল্লো. কুয়াউ-হংলা নত্রগ য়োংলো কোয়েৌনরা পুন্দুন থমসে ঐখোয়ন থোকপ কাকাদ হায়্যজিনগে. নো'ম নিনীদংনি।

ইং :— মহূন ইফ ফৈ চেচে, বাজীসি খরম্ব চাউখত্তব অঙাওব মাললবনিন য়াম্ন পক্কনি ঙাওরে হায়জিন্নবদ। ( কুন্দাপৈ লাকই )

ং :— কর্ম্ব করি ঙাংনরিবা ?

ই :— বাজীবু নিনীদং অঙাওব শাহনব, হিসাব উৎত্তবগি মরম বাজীদ তায়নশিনবা। হৈত্তোন্ন মহূ য়ানব থেম্নগে হায়রিবা।

কু :— মহূবু য়ারবদি পাক্কনিনে। বাজীগি সহি শা-শাদ্রন তৌশিল্লব ঐখোয়ন, বাজীন চুম্মিবু হায়রবম্ব লাললিবু হায়রবম্ব—ঙাওব মাললগ লোইরে !

ফ :— ন'ন কদাই চংল্লুব ?

কু :— আন্দোলন তৌহন্নব মী খোম্ম্রবনে, নোংমদ মীকোক্ক লুপ ৪।৪ — মী ৫০০/৬০০ লৈনি হায়।

অ :— কাকাগি আন্দোলন লিংখংতৌরিবা ?

কু :— ক'কাগি মমা দ জগোই, ঈশ, মুক্কা কা'জৈ মদ্রন পেন্দ্রগ আন্দোলন লীলা হিসাব য়েংব শংদনব।

অ :— মদ্রস্থ ফত্তবদি নত্তে।

ফ :— ইনাও তোম্ব নংব্র বাজীব্র য়াহনব ওম্মস্ত্র ও ?

নোংজাংগী ষ্টেজডা পুমচাল চাপ্লে। অরাপপদ কংসিন পুং ৫ থৈরগাবা। মমই ইংশ মংচক অনম্ব লাপ্লপ তাবদ পুক্কি' শুংজাই। খাজংনগী ঙচাক থক খোৎকই।

বা :— বন কনাগ অঙাংশিংনো শুরোইদ লাংব ভাখিবদো ?

থৈ :— চেচেখোয় ভাচাখোয় হিসাব শূভম খঙব্রহুন উরাওবি শান্নহুন বাজীব, ক্ষোদোকলম্মিবা ?

বা :— ঐব, কৌ'দো'কইবদি করিগি ?

থৈ :— হিসাব শৃহন্নি হায়য়ে কংকান লাক্লগ থাজনব।

বা :— করম্না ? মখোয়গি হিসাবপু, ঐন কেরানীরাও ?

থৈ :— কাকা লাকলগ বাজীব, অঙাওব ঙহাক্ত শাবিযু, হিসাব চুম্না নিংথিন শূবত্রা হ'লগ উম উম হান্নবিযু ; লানত্রা নিংথিন শূদত্রা হংলবসু উম উম অহুম হায়বিব। মখোয়ন শাবিব, বাজীন ওডিট ভোরে হায়বগি সহিহ, চুম্মত্রা হ'লগশু উম উম খুম্বিবা, অশাব সহিবা মতাংদা নম-থাকল হংলবসু উম উম অহুম খুম্বিব—সিদনি মখোয়ন শাম্মিবা। ঐন য়ানি, বাজীদি অঙ'ওব শাব থৈনি পক্কনি হায়খ্রে।

বা :— মহুন করি ক ম্ম.দোবিবা ?

থৈ :— বাজীন য়াবিরবদি মখোয়গি কুমসি ফংদব শেনভম শোয়ড়ে সিনি। য়ানি হ য়বদ হরাওখিবনি।

বা :— মতিক চাদব অঙাং মখোয়ন য়াম্ন চাদিং ভো শান্নব ক'লনি হায়রন হরাওরিবা ? অদ্দি ঐখোয়ন শেল মাংবগি কপ্প ভারে ?

হৈ :— ওহাক কপশিন্নরগ ঐথোয়ন অমুক কুইন নোকপ কান্ন মথোয়বু কুইন কপহন্সি লাকুসি হায়বনি।

বা :— মতুদি করম্না য়ানি?

হৈ :— মথোয়ন থাকচব লাংদ থুহনব। [লোম] মথোয়ন তোরম্ব মতাং, শারম্ব হিসাব, ওইদব পরেংহু বাবান ইঙ্গিত্র কাকাবু থঙহললব চাউশিন্নহুন। মদু হেক থঙবদ মথোয় মরু কোকথোকলগ শুম্ব য়াইওং তৈবিরনি. লমজাউ শে ড়োক্ত পুব তারে, ঝাল মাঙ্গং থিংহুন, বিশ্বাসঘাটক পরেংনি হায়হুন লাওবগ।

বা :— উম, মদু মথোয়গি মতিকচাব স্কুলনি। নিংথিন রারকপ য়াদ্রবনিন থোবাম্বোংগি চক্ষুশিংসি কায়দি কায়• হন্দব অহুম্ন তৈব তায়ে। কৈ ঐ অঙাওব শাগে। কান্নদে লাও— মতমসি হেক্ত থঙহৌদে।

[য়াইরী চুমথোক্লব চংথি মনাক্ত, বাক্তং থমথি।]

হৈ :— হুই মমৈসি—তনবু তন্দ্রবদি চুম্বকলনি।

বা :— [চুমথোক্লগ] হুই-মমৈ!

হৈ :— [ভাবন য়াওব] হয়ুম য়ানব!

বা :— হুই—মমৈ! হৈ :— থাংব য়াৱোই

বা :— চাক তাংব! হৈ :— কুইব য়াৱোই

বা :— মীয়ামবু ওংপ হৈ :— কুইব য়াৱোই

বা :— ফংকম থোকপ। হৈ :— পীদব য়াৱোই!

বা :— হুই মমৈ! হৈ :— হয়ুম য়ানব!

বা :— নমথাক—লোনম। হৈ : — সুংশাদ ফোসে !

বা :— শেঙ্গা - থুমজ্ঞা ! হৈ :— থৌনাওদ মেৎসে।

( অনীছ থরাই হ্রামনবন চোকথৈ, হুমাং তৈথোকনৈ )

বা :— থরদি তিংলনিদ হুই মমৈসি।

হৈ :— য়াম্ম ফগৎলব ঙাৎনি কান্নদি শাথীন কোনশ্রপোৎনি। য়াঙ-চ উংপামশিংদু ঐগোম্বদ হায়জরেদন উপায় লৈরক্নুদুন।

বা :— হুই মমৈন কয়া কুইন কোনব য়াগদগে? হুম—পোৎথাব য়াদে, তপ্পা কদোইগু লাকদগে খঙপোৎ নত্তে। চহিদি ৬৫ হায়প্রে, নমা লৈখিদব চহি ২৬।২৭ শুররিনি ঙাইরমগদ্রা - ?

হৈ :— ঐংাক্ন চহি ২ শুরব কান্দ থুপখিব তাবে।

বা :— পোখ্ব য়াদে, পাউ মুংঙাইব তম্মুনব লৈতব য়াদে। ঐ নিপা অমনি. নমাগি মমাংদ ইকাইব তল্লি।

হৈ :—( তিংথোকউই ) হুই—মমৈ।

বা :— ঔ—হা!

হৈ :— পলেম্মু—ইমা, —ইবেম্মা ! নচাবু অতোম্ব, ঐহাক্তি। পম্মৈগি থুহং ! বা :— ( য়েংলম্বদে ) ইঙ্গেয়ে।

হৈ :— কপা নাৎপু ! বা :— ঙাকচগে !

হৈ :— ইপু নাৎপু ! বা : — হুম্মোকলোই !

হৈ :— চেচে তাচা ! বা :— অনীমদি !

হৈ :— নোংচুব হুইমৈ ! বা :— থৌদাংকোক !

হৈ :— চাউথৎ মীতো ! বা :— তম্বদা।

হৈ :— হঞোই মরীল ! বা :— হুৎ ফেৎ !

হৈ :— তন্দন কাইবোক ! বা :— য়া—য়া !

( মপা মচা যেংতুনা লৈ হুইমৈদ । কুণ্ডাইলেন থকুব চা অমদি দবল কটি, উটই থবগ চানব পুনকই বেবক মথত্ত থাম্মী । )

কু :— চা ফানব য়ারনি, মেজ চৌকিদন সুংঙাইগদ্রা ?

হৈ :— লৈবাক্ত হেক্ত থগীয়ু, ঐখোয়দি লৈবাকমচানি. চাউ- খৎকদব খর ৱাৎচরি । ঐন নোম লণ্ডনগি হেৎচেল অমদ ।

বা :— কয়া কুইরব ৱানে ?

হৈ :— চহি ৩৫ রেমগি মমাংদনি ।

কু :— নংবু চহি কয়া শুরবগে ?

হৈ :— ২৫ শুরে কুমসি ।

কু :— চহি ৩৫ গি মমাংদ নং কদায়দ ?

হৈ :— লণ্ডন হায়বনে ।

কু :— পোক্কদব চহি ১০ ৱ্যংলিঙৈদদি কৈদৌব লণ্ডন্দা ?

হৈ :— তাদ তাখোবা কৈদৌরবগে ? নহান মপোক্কী ৱানি হায়ব । ( চানৈ থক্কে )

বা :— মতম অদুদ নংগি তৎচাসি পোক্কদব চহি মঙা ৱাংলি, নচেন চহি অম শুরত্রা— !

হৈ :— ভারত মচা ঐন চামচ কটা পায়দুনা চাবদিহৈন্নু হৈতুন এপল মচেং অম কাটানা থিললগ য়াদ হুকলুরে, লৈমি অমুকতং কচান থিলহৎপব সত্যই তেঙ্গোং

অম থোকই। ইত্তৌহু উবদ লগুন মচাশিং হোটেলদ লৈরম্বহুন ফাক ফাক নোকপহুন্দি সত্য, ঐ শাওনিংমন-গ্রহুন গো গো খোংহুন কপখোকপ।

বা :— হুজিক নং চেচেখোয় তাচাখোয়দি কাটা পায়হুন চাব তমথখলি।

হৈ :— ঐখোয়ন ঈ থোকল্লি হায়হুন হন্দোকপ্রবদ,—

কু :— কাকাদ, ওসি মুংদাংবাই খুংলগত্রা হ'য়দুন থাজনরে। চান থক্কব, কুইম্ম ফিহোং উংকদব পুম্নমক মহৈ মহৈ শেমশাহৌরে। ওাওব হৌবব, পুং কয়াদৈন ফনি হায়নরবগে ?

হৈ :— ঐখোয় ইপা ইচাদি তৈয়ারনি, হুজিক হেক্ক হৌরো হায়ব য়াই।

কু :— হোয়নে থর মাংজৌনন রিহারশেল তৌহেদ্রবদি মান্দ্রগা চোপ্পদৌরিবনিনা।

বা :— কুরাউ হংদি লৈরিরোইদো, য়োংকি চেইন মরী থর শাংবগা লৈগত্রা নিপা ?

হৈ :— লৈনি লৌরুগে বাজী।

বা :— ওাওব মান্নব মেক অপ্তি ?

হৈ : এ.. হান্ন মান্দুন লৈরপোংনি, কোইন থর চৌমহল্লগ হেক্ক য়ানি। অঙম অথৌশিংব, য়েংব লেংলকপ্রাও ?

কু :— লেংলকপ য়াই।

বা :— অদ,দি লীলা থর মুংঙাইহন্দব য়াদে নিপা!

(হৈরোল চেইন অশাংব অম পুথোরক্লগ মপাগী মথোং ১দ পুল্লি, মকোই থর য়ামন হোৌহল্লি, মফি থরগ মোংহাল্লি। কুন্দালৈন চা হাপপা ট্রেদ কপ প্লেট পুথোকখি।)

হৈ :— মাল্লে, লীলা তম্ব য়া'রে।

বা :— হোৌরগে, অশোইব ত'কলকউকো।

হে লাইনিংবো হুই মমৈ! নহাক্কনি ননাইন নীংজবিব লাই হায়বব্রু। ঐগী পুন্স'স নঙ্গোন্দ কথোকচরবনি, নমৈ ঐবু ইবুঙো নংন চিংবিনীংব মাইকৈদ চি'ংবিয়ু।

(খুরুমই)

হৈ :— হোৌগংল্লু অহল লাইনীং লম্বীদ্র অতনব, মবুদ্ধি লৈতবগিনি। হরা গ ড়া থোৌব ড্রাইভরদ নত্রগ জাহাজ থোৌব পাইলোট্ট হকচাং অমদি থরাই শিন্নথোক্লগ উইহন লৈব লাইনী-হুনি।

বা :— ফরে, অঙদি খাখল নিংথিন খল্লগ কর্ম্মযোগত লাই-নিংথৌ ফংনব লাক্লরগে। হো হায়রো — হৈহা, ঙম্মগ খাংউ চুমথোক্লনি। থবক্তীদমক থবক তৌনি, কলাগিদমক কলা। ঐনা তৌজব কর্ম্মসিগি মহৈ অকব খুঙদে ফত্তব খঙদে—ইবুংঙো নঙ্গোন্দ কথোকচরবনি।

হৈ :— করি থবক্লো তৌরিবদুবো অহল? নোংমদ নত্রগ পুংদ শেল কয়া তাব জাংনো? নোংমদ মুপা কয়া কংলগ পেনব ঈশ্বরদ দাবী তৌরিবনো।

বা :— ঐ অঙাওবনে, ঙাওদব তাইবংমীশা। পৃথীন উংবদ থোকথিব মুমিং পুং মিনিটশিংদো হনদোকইবনে।

ঠৈহ :— লংচাক্ত য়েংশিনগ্রব মতমগি লংলাদো ?

খা :— উয়,

ঠৈহ :— অমুক হনদোকইবা ?

খা :— উয়।

ঠৈহ :— করিগিনো অহল ?

খা :— পেলহৌত্রে, নিংঙ্কমহৌত্রে। ফজন অমুক শেংনিংঙ্ক পুন্সি মুংঙাইন শাংনব !

ঠৈহ :— করি কান্নবগে য়াররোইদবদো ?

খা :— হিংইবনে হিংইবা। য়াদব য়ানব লাক্লবব, হিংব কৌয়ে পোক মুনব কাপ থাব, মিচং তানব, সনা বাইজুন শিব, ক'র রাইহন তোংব, মশান য়ানিংদব মীবু থেম্ব হিংবগী থবক্ত।

ঠৈহ :— য়ারকপ য়ায় য়াওয়ে।

খা :— য়ারকইবহুদি অপান্ন নত্তে, অপান্নন য়ারকপ থৌক্লবন্ন পামলক্তে, অতৈ অমুক পান্নকয়ে অহিংবগী ধর্ম্ম।

ঠৈহ :— হিংবগী করি কান্নরি অহুদি ?

খা :— শিবদি তন্নব, খঙ্কদবনিন। হিংবদি শান্নবনে, লীলানে।

ঠৈহ :— অরেম্বদ শান্নবন করি কান্নরিবা ?

খা :— ঙ্কহাক নুংঙাইব মেরুক মকুং অবাব শংবাইদৈ মেরূক তাবহু কাউত্রা য়েংলিব।

ঠৈহ :— য়াম্নু য়ায়োইদবদা !

খা :— উয়, মেরুক্লা শংবাইবু পুব ঙ্কম্ব হৌনদে।

থৈ :— অদুদি শান্নরগ করি ওইজরি ?

বা :— শাম্লদবনদি করি ওইজরহুন ?

থৈ :— খঙদে !

বা :— কপ্পুন লৈগেরাও ? খর শাংব পাম্মগা

থৈ :— তল্লে। শিবদি কমদোই ? য়েং সিবাও ?

বা :— শিনিংউনো, -মথনদ শিজররকনিয়ে।

থৈ :— শিবন হেন্না নুংঙইহাবন্মবদি ?

বা :— শিকুরগ হল্লকপ য়াওদবনিনা কন'মত খঙনদ্রে ! নহান মথৈ হিংলকপদৈ খঙবদি ঐন অচাং ওইরগ মতম লৈখিদ্রে ঐন পাখং ওইরঙ্গ মতমম্ম লৈখিদ্রে ·· শিগ্রগুম্বনি। খেন্নরিব হায়বব, খর খর নিংশিংহৌরি নিংশিংবদি হিংই। মাইপাকখিব, নুংঙাইখিব থবকশিংশু নিংশিংব নুংঙাই। মরম অদুন অকব অচুম্ব নুংঙাইব থবক হিংলবৈদ তৌহোরবদি শিরগন্ত নুংঙাইনি। শিরবদু থবাইদি মাংওই হায়ব থাজব কান্দুগি রানি। মরমসিন মতম মাংহনব য়াদে— ঙাওরবন্ত ঙাওদ্রবদু হুই মমৈ চুম-থোকনব লাক্লব হায়। ( চুম.থাকই )
হুই—মমৈ।

থৈ :— ঐ—হা ! ঙাইখো, বাজী ! শিরগ মী অদু লোইহরে, হিংকিথৈগ শিরংগ কাবম্মু মরী লৈরদে, থবাইসু মেন চাকথ্রবনি, উং নত্রগ লৈবাক ভনথ্রবনি হায়ব থ.জব-শিংদদি ?

বা :— মখোয়হ্ হিংবদ থর হেক ৱারকপগ শিদোক্লগ ফদোবোই নীংই। করম্বন চুম্নিবগে তাংদাংব থঙদবনিন; অচুম্ব অফব থবক তৌতুন অশিংবশিংন হিংনরি। হিংব হায়-ববু শান্নবনি ; চুই - মমৈ !

হৈ :— নখুক শেংও !

( লোন্ন, লাপ্লপ, ফরাংজী: ইন্দুন মতৌত্র য়েংদুনা লৈ )

বা :— অখোইব শাজং ! হৈ :— চুম্ব তিংও !

বা :— নমথাক লৌনম ! হৈ :— কুইব য়াদে !

বা :— চুই — মমৈ ! হৈ :— থোদাংকোক !

বা :— নোংচুপ মমৈ ! হৈ :— নোংপোক নত্তে !

( মেম সাহেব মতৌ মান্নব শেং-লিংঙ্গ মচিন মোপ্‌দা থর থর হুম নকশিল্লক গাইবা তিংলিব মপাগি মনাক থোঁশিল্লক্লে। )

ফ :— ঐখোয় বাজীন তৌরিবসিবু করিনো ? চানন ভাওবদি নত্তেকে ?

ইন্দু :— অরেম্বদ য়াম্বু বারে, করি কাম্নরিবগে ?

বা :— চহি ৩০ না পকভাব তরোই, চহি ৬৫ না তৌরিব থবক্লি।

ফ :— করিবু কান্নবগে হায়জরিবা ? শাওগংনল্লসি।

বা :— করি কান্নদনি. য়াম্ন কান্নরপোংনি।

হৈ :— মনুংগি অর্থহ অমুক্ক।

বা :— অমোনব য়োং সগোল মখোঙদোন কোনব মহেক অমদ কোয়ীগি তারান য়েংলগ, তারাগি মহেন্দুদ

ইলেকট্রিক করেন্ট থাজিল্লবদি য়োৎতু অকনব য়োংচাবি অম গুল্লি. মমিংন ইলেকট্রো'মেগনেট কৌই। তুই মমৈ-দৌন কোনব য়াইরি অসি পুক্লিং, থবাই, হকচাং য়াওন ঐগি খুৎসিন তিংথে'কপদগু অকনব য়োৎচাবি অম গুল্লি, মদুবু এনিমেল মেগনেটিজম কৌগদ্রা ? অহিংব মীবু চিংশিনব ওম্মি।

ফ :— } কনা চিংশিন্দুন চাং য়েংপ্রবগে ? ( ওকই )
ইন্দু :— }

বা :— নখোয়নী সিদ লাকইবসিনি।

ফ :— সিন ঐখোয়বু চিংশিল্লকপা ? ( থাজদে )

বা :— মানি। নখোয়বু নোংচুপকি য়োৎচাবি অচৌবন ফারু-বদগি নোংপোক্কি মরৈ অসিন থর হন্দোকহল্লরবনি। তুই—ম'ম !

হৈ :— হৈ—হা !

বা :— নোংচুপ মমৈ !

হৈ :— বৎ—তংলো ?

ইন্দু :—ফরে, চিংব, চিংশিল্লবগু চিংশিন্নবগু, ঐখোয়ন হায়নখিব য়াচু য়ানরব নত্রা নিপামচা ?

হৈ :— য়ানতুন বাজী অঙাওব শারবনে। করিনো চেচেখোয় তাচাখোয়ন অপাম্ব চাংয়েং তৌরো।

ফ :— বাজীসু হৈতোম হায়রিব বাসি জাব তান য়াবিরবনিনে।

বা :— নখোয়নব, জাব তারবদি ঐদি তারে।

ইন্দু :-- কাকা লাক্রুগ বাজীদ ৱা খর হংলব য়াই, হিসাব য়েং-বিয়ু হায়রব য়াই ।

বা : হংলসণু হায়রসণু, নখোয়গী কান্নব খুম্বিনি ।

ফ :— মচিন মৌ[illegible]াসিবু করম করম তৌরিবগে ? বাজীন করি হায়ন খুম্বীনি ?

বা :— চাউখৎপ মান্নব কম লাক্রুরি. শেল য়াম্মা চাদিং তৌরি, চায়খায়রি চাউখৎ লম্বী থোনবদ । লম্বীদি ফন চাউ-খৎন উরে. মখোয়নীদি কয়া চাউখৎপ উদে, মপানাৎ মপুনাৎ কাউক্রে ।

ইন্দু :— মখোয়ন তৌখিব হিসাবশিংঙু উবিরব্রা করি খুমনি বজী ?

বা :— অসেম্ব হিসাবন অয়াম্ব উহললি, অশেংবহ্নদি কয়া উহন-দমালে ।

ইন্দু :— বাজীন সহি তৌরিব ময়াম্বসিদি ? সহিশিংসি বাজীগি নত্রাও? ( চে খর উহললি ) করি খুম্বিনি ?

বা :— ওইরম্ব য়াই । ঐদি ঙরাং তৌব সহিহু কাউশহুন ঙসি অম তৌই ।

ইন্দুঃ— থেঙ্ক য়ু । মহুবু খুম্বিরবদি য়ারে ।

ক :— য়ারে য়াম্ম ফরে । ইনাও হৈতোন, ইয়াম্বন নংবু কাউ-রোই । বাজী লৈখিত্রবসু ইয়াম্বন নংগি নুবুক্লিং চাব থবকশিংদ নতেং পীগনি ।

ইন্দুঃ— ঐসুনি হৈতোন, চামব কৈ ইচিন ইকম্ভ ঐখোয় ।

ইহ :— হোয়নে চেচে, শোইদন চাউথংকদব মাইকৈদ য়াওবি-
রকও। ( অনীন মঙ্গোল্ব নোকক্কং য়ংই )

কু: :— ( ফিংন লাক ) করমনো কাকা লেলক্লে ! লমথাংদ মী-
য়ামগ রারী শাহোরি।

ফ :— আঃ। লাক্রব ! ঐবু করমনো ? তপ্প।

ই :— ভাইখো। ফরাংজী তপথখো। রা ভাখিস করি করি
ভাংই ? চাবদি করি করি চায়?

কু :— ইন্দুবালা কদাই, ফরাংজী কদায়দ লৈ হায়রন ভহাক
লৈতন হু হু। ( অনীহ পাথংলি।

ফ :— নংন করি থুম্বা ?

কু :— ঐন মবানৌদ মশা ভমদে হায়রন লৈ, ফরাংজীন লোক
থুংই মকোক চিকই হায় — ( লোক থুই নকেক পায়।
ইন্দুন অরুন হোরে হায়রুন হাসপাতালদ লৌখিব ফন
ক্হরে। ( ইন্দুন অরুম হোব শাজিন্নৈ )

ই :— ভাইখো, মীয়াম য়েংব লাকপদ করি করি হায়ন ভাংই ?

কু :— ঐবু য়েংব লাক্কোবগি শক নয়ুম নয়ুমদ চং থবক
শূক নকূক থনব। ইশক উনি লগ খবরদ য়াওরকপ
ফোতোদ য়েংউ হয়রুন পংতালদ তাল্লি।

ফ :— চাব থকপদি কমদোই ? মথেল ময়ামচু হাওই হায়-
থক্র। ? য়াম্ম চাক্র। ?

কু :— য়েক্লাং মথেল য়াম্মললি হায়রুন বামন অমগি মনাতোল্ল
ঈশিং থুক্লাইন থাবদ বামনচুই মনাতোন তেমথোকক্রে,

হাসপাটালদ পুখ্রে। উভীনে, ইরোনবনে, চগেম পোম্বনে ঙা মচা ঙানম খরগ চাক খুবাম্মক চাখি। অং হৈকক য়েললা শিংজু অম খর থরাই ভান চাখি। অতৈদি মীয়ামদ পীজখো হায়দুন মখুংমক্ক য়েনব য়াওখি।

ই ঃ— বুইম্মেদি করি করি খোরাং তোরে ? লীলা জুংঙাইব য়াওদ্রাও — য়াসাত ?

কু :— কুম্মেদি অমত্ত য়েংওই, লীলা অম উরে অতৈ য়েংনীদ্রে হায়।

ই .— করি লীলা উপ্রিবা ?

কু : – লম্বীদ চৎপ মমীং কুৎপ ময়াং কংব, লৌবুক্ত থবক ঙব নবুক শিংপ মফি শেগাইব ময়ামগি জগোই, ভিক্ষা নিব চৎপশিগি ঈশৈ। পেললে অতৈ অম য়েংনিংঙ্গ্রে, হয়েং হল্লনি হায়। বাবাগ নখোয়নীগ উন্নবাদ হুজিক লাকপবু য়াবে। ( অনীহ পাখংলি, মপা মচান কুইম্মহ নুংঙাই )

ফ :— অখ্বিকান হিসাব য়েংহনগ্রবাও ?

কু :— হিসাব খরদমক য়েংখি। চীং ময়াম হুৎলগ রেলগ ড়ী চংহনবগী মতা দ্দদ শেল অতুক য়াম্ব করিগি মফম চাদবদ মাংহল্লিগনো হায়দুন মখেঙ থিনববু অখ্বিকা পাখং-খিদুন মকোক্ত ঈশিং ঢৈবৈ।

ই :— অদুদৈ অতৈদি য়েংখিব্রা ?

কু :— প্লেন পাইবদ পন লাক্তনব, এক্সিদেন্ট পোক্তনব চীং

ময়ামগি মতোন গজ ১০০/২০০, ১০০/২০০ কক্লনি, মতুদ চংথিব লুপা ক্রোড কয়ানো উৎলুবব্রা—মতুদি শাওমনগ্রতুন লিক্রী মতুম চেনমবতুন অশ্বিকাদ থাবব, —উচিন নাচিন পালকোদে—দশা কব মানে হিসাবকি ফাইল ময়ামতুদি লম্পাক্ত লংথায়হোরে।

(অনীতু হুমাই হুমতুন থাংই। মখোঙ মখুং শৎ শৎ ফমকমদ ভিংলগ, মপা মচান শিন্ন শিন্ন হুইমৈ চুম্মি—ষেংন ষেংন)

ফ :— লম্পাক্তদি করিগি লংথায়রিবা ?

কু :— য়াও হায়েং ময়ামদ পীজরিবনি হায়।

ফ :— করিগি ?

কু :— মখোয়ন চাউ য়ারবমৈখ অচুম্ব হিসাবনি, মাংগ্রবম্ব য়ারে হায়।

ফ :— করম করম্ব চাখি ?

কু :— অমত্ত চাখিদে। মদ্ দৈ পুশিল্ল কাম্নদে, অরানব গ্রাক্তনি হায়রে, কাচিন্দ পৈদ্ ন লৈহোই।

(অশ্বিকান নুংশা মপী হোল্লগ চেল্লকই)

ই :— করিনো করিনো ? কৈদৌরবগে ?

অ :— কাকাদ্ সোমদ লেংলকহোরে বাবাগ উন্ননি অতৈ মচাশিংম্ব উন্ননীংই হায়। থুংলরনি সিদ।

ইয়াং লাংনৈ, থাগৎনৈ ময়ামতু। ইন্দু অমদি ফয়াংজীন মপাদ চংশিন্দুন থুরুশ্নি)

কাকা:— কদায় কদায় ঐগি ইচাশিং মতিক মগুণ লৈবশিংদ, অমুক্ত দর্শন ফংজগে উদব কুইরে !

( ইন্দু, ফরাংজীন মনাক্ত চং নমস্তে তৌরুই, হৈতোম লাপ্লপ থুরুম্মি থুক থুদক কুন। অম্বিকা কুন্দালৈ চৌকি মেজ শেম্মি মথক্ত ফিন চিংব থায়। কাকাগি মতুংদ কনাগুম্বন চম্প্রাসী শান ইল্লকই, ফাইল অম পায়রকই। কোকান ফৈজোমত্ কুঞ্জা ত্তুংদ য়েপ শেংলি, ওভর কোট লিংলি, শামতুগি টুপী অম উপই, মমীংত্ত আনোক অম হাপাপি। ৱাকীং ষ্টিক শামু ময়াগি অম পায়রকই।

( ফরাংজীদ ) হায়, নং নত্রা অরুম হৌডুন হাসপতালদ লৈখি হায়বড় ?

ফ :— মানি কাকা মেলেরিয়ানি, থক থক নিকপজাংনি।

( থর নিকই )

কা :— চৌকিদ ফম্মু পোংথাও।

কু :— চৌকিদ লেংশিনবিসি।

কা :— ঐদি ফশ্মোই ইচাশিং ফমহনগে মশক মুন্ন উনব ? মুংশিদ উদব কুইরেদা। ইন্দুদ ) নং নত্রা ইন্দুবালা ? নহাকম্ম নকোক চিকই লোক থুংই কায়বড় থর ফরত্রা ?

ইন্দু:— ফংচত্রি কাকা। ( মনপ শিংলি, মকোক চিকশিন্নৈ )

কা :— নংসু চৌকিদ ফম্মু চাউথংপ পাম্বি। ঐথোয় তাধন্ন কমদৌবিরিবা ? ( মনাক্ত চংই. হৈতোম্ম ) তোম্ম নংদি নফি মরোল ইচাউ চাউথত্রিমানেমা ?

হৈ :— কাকা ঐদি থম্মোই হকচাং হোংনরিভৈদ তাচাথোয় চেচেংথোয়দৌন ফিরোল চাউথংপ উমদে।

কা :— তাধনবু কৈদৌরিবগে ? থুরুমজরিয়ে ননাওন ?

(থুরাম্মি কাবক কাবক ওকই—মমীং মনা অঙাওব মাগ্গ থক্ক য়েংই )

কা :— হেত্তোন, তাধনসিবু কৈদৌরবগে ?

ৈহ :— মীন ঙাওরে ঙাওরে হায়নবদে—অঙাওব ঙমঙ্গম মাল্লক্লে, মশাঙ্গ মীন হায়নব তারমানে অঙাওব মাগ্গব হোংন জরে। মুম্ন য়েংশিল্লবদি ঙাওদবদি মাল্লি।

বা :— ঐ ঙাওরবনি নহারোল জ্ঞান তাব উবদগি।

কা :— অসিদ পুল্লিব লৌ মকোনসিন করিগিনো ?

ৈহ :— নহারোলগি পুকচেল অখোয়ব তুই মমৈগ্গ চুমখোকইবনি হায়। অয়াম্ব মতমদ মসি তিংথোকনব লাক্লে।

কা :— অতৈদি করি করি তৌই ?

ৈহ :— সন গাড়ী অম চল্লি. লোইব ঙমদগ্গন লৈ, মচাক য়াংলি হায়।

কা :— সন গাড়ীগ লোইনব অরাংপ মচাকু করি করিনো—ঐ লৈরগে তাধন?

বা :— মী, নহারোল থরা লৈব ফংলবদি য়ানি।

কা :— মীবুদি কদাইদগি লৈরুনি ?

বা :— মবুক শেংব মা নহা খোরকনি য়াম্ম।

কা :— করম্ব মতমদা ?

বা :— ( তুইমৈ চুম্মগ ) তুই—মমৈ।

ৈহ :— তি থোকও।

বা :— সন গাড়ীদ !

হৈ :— পাল্লগে।

বা :— হুই—মৈমৈ !

হৈ :— খোদাংকোক !

কা :— অহলসি নহাবোল নখোয়ন ঙাওহনবনি। নখোয়গি হিসাবশিংহু বাবান ওদিং তৌরগ সহি তোরে হায়ব নত্রা ?

ইন্দু :—
করা :— } মানি কাকা।

কা :— সহি খর হিসাব বহি মরক্ত তাধনগিনী হায়ন মখোয়ন উ'লি। মত্র অচুম্বরা ? ( য়েংহল্লি কাইল )

বা :— এদি সহি তোয়ন তৌবদি নঙবনিন ঙসি অম তৌই, চবাং অম তৌই—কাউখিহুন ৷ মখোয়ন মানি হায়-রবদি মব্ক শেংব নহাঙাক্তনি চুল্লমগনি। মী শেম্ম মী মাংচনব ঙম্ম নহাঙাক্লি। ( য়েংলগ ) ফন মাল্লি ওইবম্ম য়াক্ত।

কা :— মখোয়ন তৌশিব থবকশিংহু তাধন ইউ উবিদ্রিব ?

বা :— মীংন ফত্রবন ইউ উদে। মখোয়ন থোঙ, য়ুম অচৌ অচৌব শায় হায়ব মফমহু ঐদি ঈশিংগুম্ম মুংশিং নাপীগুম্ম ঙাক্ত উই !

কা :— ডুলযা পুংদ শাব ফুরাদ লুপা লিশীং ৫০, পুক্রিগি থেঙ্গা অম সিমেন্ট কঙক্রিংন চনবদ লুপা লিশীং ৪৫

চাখুম ময়াদ ফদিগোম থাবদ লুপ লিশীং ৫, ঈশিং চায়বগি লুপা লিশিং ৩। মখোয়সিবু তাধন অচুম্বনে ?

খা :— ঙাওদব মখোয়দ হংবিয়ু, অঙাওব ঐন হায়রবদি মীন থাজদব য়াই।

(কাকান ফরাংজী অমদি ইন্দুগি মিচন পায়রগ যেংই।)

কা :— করিগিনো নশা নিকইব অকুম হৌরব্রাও ?

ইন্দু:— ঐদি মেলেরিয়াগি লুংশিং কোক্তি। ফরাংজীন লোক খুই—মনপ কুমালন)

কা :— নখুং নখুংভু ভিংথোকউ য়েংগে ? (খুবাক য়েংই)

নখোয়নী নখুবাক্তগি চাদিং তৌগ্রিব শেলসি কয়াদি য়াম্মে ?

ফ :— য়াম্মে।

ইন্দু:— য়াম্মে।

কা :— মতিক চাদব নহাশিংদ শেল শিজিন্নহললগ য়াম্ব মাংহল্লি হায়তুন অহললোম্ন নত্রগ ভুগি মীরোলন ঐঙোন্দ ইরাল পীনি হায়তুন লুংশা থীরে। চুমব্রাও ?

ফ :— অরেম্বদ মাংহনব নত্তে।

কা :— করিগি মাংহনব নত্তনি ? নখোয়ন তৌরম্ব থবক, অমদি হিসাবন মতুগি প্রমাণ পীরি।

ইন্দু:— মতুংদদি ফজ ফজন শিজিন্নজগে ? হন্দক্তদি ঙাকপিয়ু।

কা :— মান মান তৌজব থবক্কি মহৈ ফংনব ঙাক্তনি, নখোয়বু মীরোল তাগ্রিব অঙাংলাও ? তাধন, অঙাংশিংসিবু

শেমগৎপ য়াম্নোইদবঙাবেলা? মাধম্ন ব্রাকপ ঙম্নীনি তায়ববদি শেল মখা পীশগে; ঙম্নীরোইদব ঙইরবদি পীরোই ?

বা :— মখোয়বু ঐন হায়ব ইনগদ্রাও?

কা :— ইন্দব য়াত্রাব, ইন্দ্রবদি শেল পায়ব ফাজদ্রে মখোয়সি কেথোকহনবদে মাংব তারবনি শেলগ লোইনন। মখোয়ব হায়ব ইনগদ্রাও ?

ইন্দু :— }
ফবাং :— } ইঙ্গনি।

কা :— শেল শিজিন্নব য়াওগদব নখোয়গি মরীমতা, মক্লপ মপাং পুম্নমকপু হায়ব ইনব তায়, লমচৎ শাভৎ ফজব তায়। মখোয়দু য়াগদ্রাও ?

ই :— }
ফ :— } লোইন য়াগনি।

অ :— }
কু :— } ঐখোয়ব, য়াওহনবীব তারবদি হায়ব ইঙ্গনি। নত্তব তৌজরোই।

কনা :— ননাই ঐশু।

কা :— তাধম্ন মখোয়বু ব্রারকপ শেলব ওইগদ্রাও? শেলসি তাধনদ শিন্নব মখোয়ন শিজিন্নবব মশক, মকম ফিভম দুগ জুং চানত্রা য়েংবিব তারে। মখোয়ন তৌব থবক্কি অফ ফত্তগি দায়ী তাধন্দ। অদু য়ানিব্রাও ?

বা :— লাইবক য়েংব তারে, মখোয়বু মাংহল্লিদব শেলসু মাংহননিংদবনিন।

কা :— ঐদি হয়েংমক চংনিংলবনি, ঙসি, য়ারবদি ঙজিকমক মথোয়সি করম তৌন পোইদন চাউখৎকনগদগে হায়বহ্ন থবক ওইন তৌংন অমুক্ত উংপিয়ু, ইমিংন উথিগে।

বা :— নিপামচা পুন্নিবসি থাদোকউ। (ঙৈতোন্ন থাদোকই) অঙাংশা নখোয় ঐন হায়ব থবক তৌগদ্রাও ?

ময়াম:—তৌজনি।

বা :— অঙদি হৌগ'লু। (হৌগংলি চপ মান্নন)

"ইবুক শেংনি, ঙম্মিবমথৈ থবক্ত নৈলথোকওই, হায়য়ু। (চপ মান্নন হায়) নিপা তোম্বা

ঙৈহ :— বাজী।

বা :— সনগাড়ী পানখংপ পোইদবহ্ন মচাক লৈরে পানখংসি লৌথে কউ। (লৌথোকখি) মাগি মাগি খোদাং পাংখো ক্রুব লাক্রুগদবনি! ময়াম পুম্ন চাউখৎমিন্নসি হায়রবদি লৈথেকপ য়াদে, মী খুদিংমক থরাই খুবাক্ত হাপ্পুন মথোদাং পাংব তায়। মপাম্ন মতৌ মানবন চাউখংপ য়াদে। থপ্পুং কান্ন শেংলগ মপান য়োন চাউখংলক্তদবনি।
(ঙৈহতোন্ন সনগাড়ী ত্রেম অম পুথোকই, মপা মচা চংহুন মেজ মচা অমদ থাম্ম।)

বা :— লাও, নংন গি নথো পীগে। নখোয়নী সন পোংমহ্ন শারো। (মতৌ তাকই, তৌহল্লি) নিপা নখোয়নীন ক ঙখোং অমমম শারো (করাংজী, অম্বিকাদ তৌহল্লি) ঙৈহতোন নংগ অমসিগ গাড়ী মথক্ত কাখংল্লু, পোচ্চৈ

ভাংৌদনব ক্ষক্রাং শারো। (চেকশিন্ন তৌব তন্থি)

(মংামহ্ তম্ন তম্ন দাঙ্ও ওইনা মফম অপীবচুদ লৈনখি, বাবান ফিভল তাকই ')

মখোয় কাক্বান গাড়ীসি ঙহাক্তং থৌবিব তায় মী অরেম্ব লৈব য়াদবনিন। শাজৈসি পায়বিন্ন (হন্টর ১ পী)। চাউথং লনজেন্নি ভান্নদোরিবাস।

কাঃ— কনাগ ভান্নদোরিবা? (গাড়ীদ কাখি)

ব। :— খেঙ্গ্গ খেবগ, সনগাডীগ টাটাগাড়াগ। টাটাগাড়ীদি ইক্রিম্ব নভ্রগ করিগুম্ব পাট মচা অমদ বেরা হেক লৈবগ লেপ্পু ন লেহৌনি। ঐখোয়দি লিংজেল মান্নব মী ভাক্ত-নিনা চাউথপে হানব শোইদে। গাড়ীগ ভান্নবদি অরাই-বান পুন্সিন অম্নম অম্নম তেন্সিললক তপ্পান তানব ফংাগগদ্রা হায়বগি কিবহুনি থ্বংইদৈ ন্নুরিবদি। (তুংহন্ন য়েংই) তপ্পাং থরদি লাপকৌরিমানেকো! শ্বা! থৌরসে!

কাঃ— অন কায়, কিতি হায়! লিংজেল মান্নো ইন্নগন্থু। (চেনব হেংই মহৌন)

ফ :— ঙহাক্ত ং ইবিখো! ঈশিং খিজ্ঞ থকখিগে।

কা :— য়াদে থংউ।

ইন্দূ :— অমুক্ত ঙাইবিখে।—থুয়াদ খোংউপ য়োংপী অম কক কক খিললে।

কা :— থাংউ লেপ্প য়াদে, মীন চাউথপে হেনখিনি। হৈহ, হৈহ নহায়।

অ :— মিকুপ অমত্তা ভাইবিখো চুরুট অমত্ত চমখিগে।

কা :— য়াদে, থবক তৌরিবদ চাব থকপ নিংশিংগনু।

( নুংশা মপী হোরক্লে, অয়োয়ো লাংগনে।)

কুন্দা :—হাবন শিদৌরে—স্কুটরর অমুক্ত লৌথোক্কে।

কা — থর কম্ন চেল্লু— হেক্তু ফখিনি।

ইন্দু :—তুহাক্ত পোখাথিসে।

বা :— চেল্লো, কদায় হন্টরছ পীযু, ঐ থোংগে— কম্ন চেঙ্গে লিংজেল মান্নন। তপ্তান হাল্লক লনি- হৌবো! ( মতু য়েংই ) হায়; 'তপ্তা লাক্লে হৌরা'॥

( হন্টরন ফং ফং কল্লি নুংশিত্তা)

( তুহাক চেক্লগ ভইসল খোংব হেক লানদ ময়াম্বক উন ভন্দুন ষ্টিল ফোটোগ্রাফ মান্ন লেপ্পি।)

---




লোইরব